Regd. No RN 34203|79 New Delhi — Kangleikhol No. 78.

KANGLEIKHOL

9TH YEAR OF PUBLICATION — JANUARY 1988 WAK|FAI 3384



লনাযহী লাইনীং, পুশিরোন, থোনা কাংলোন, পুন্দিরোল হলা, ইনাং,
লোইনসিংানগী অমত ভাইব সলাই পুন্দিকমগী থাগী চেকোং

# কংলৈধোল

হা ঈমা ঈমা ও
ঐথোয়স্থ লাকে ঈমা ও।
নোং চুই লাকস্থ
য়েম্পাক ভূপু নামলাকে
লম্বীনাম্ভি লাকস্থ
চৈস্থ সুহুন মলাকে।
ঐখোয়ন হয়েং চাউরগ
চাউর বাদোল ফারগ
সজেন থোংগী থোংয়াইদ
সমু তোংহুন লাকপদ
ঈমা নংবু কাউজরোই।
হা ঈমা ঈমা ও।

অনৌব চহিন করি হাযরি
লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল
মীওইবগী পুন্সিদ ঈসিং
মাইবরোন পুয়া নৈনব
সতী মৈ থাব
কুম্বী নাচোংথাদ চৈরাউব
মুংসিলরুব কাংলোনসিং করম
হিংগংহল্লবে থোংনরকপগে ?
মমি কুমদৈংদগী লৈঙাক্লোন্দ লাকপ
কংলৈপাক য়েফল

মসি মীহোয়োনগী য়ারীনি
সিদ-হিদাক থুংগাইয়ে
মাইবগী হিদাক থাউ জৈসিং-লায়য়ে
অফাও-অফাওবগী য়ারী
ঈমালোল নৈনরসি

— অগ্নিনচিংব

ঈপান মৈয়েইকোয় লাংচিং মৈচাক্রে ইতুম্নিরবী লৈজনবা থাবী মৈমজো।

# KANGLEIPAK RAFFLE

*Draw On 31-12-87*

***Result***

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| 1st Prize | B | 63830 | | |
| 2nd Prize | A | 48711 | | |
| 3rd Prize | A | 46330 | | |
| 4th Prize | A | 07076 | | |
| 5th Prize | A | 56272 | | |
| 6th Prize | A | 24711, | B | 24711 |
| 7th Prize | A | 82019, | B | 82019 |
| 8th Prize | A | 73160, | B | 73160 |
| | A | 99262, | B | 99262 |
| 9th Prize | A | 38950, | B | 38950 |
| | A | 11503 | B | 11503 |
| | A | 50777 | B | 50777 |
| | A | 53868 | B | 53868 |
| | A | 06444 | B | 06444 |
| | A | 81602 | B | 81602 |
| | A | 78425 | B | 78425 |
| | A | 53036 | B | 53036 |
| | A | 84940 | B | 84940 |
| | A | 96721 | B | 96721 |

IN AID OF building construction of "SANAMAHI MISSION SCHOOL" at Salai Punsipham ground for the young generations to come.

Organised by

Kangleipak Thousinkon, Imphal
Regd No. 888 of 1969, Imphal.

# KHORIROI SANGLUP

( Editorial Board )

# KANGLEIKHOL

Office of the Kangleikhol

(Regd No. RN 34203/79 New Delhi) R M C Road, Naga Mapal, Imphal Pin : 795001. The largest circulated Journal of its kind in the North East Region of India

## অনৌব চহিন করি কায়রি

১৯৮৮ হৌরক্লে। অনৌব চহি অসি খ্রি: ২০০০ রোমদ চহি-খোঙকাপ অম নকসিল্লকপনি। খোঙকাপ অসিমন কংলৈচাসিংগী মরাইপক করি লাকদগে হায়বহ্ মমি থরদি পিব ঙমফম থোকই। লোয়ন লোয়নন চহি ২৫ ঈনাংকি লানফমদ নিংহন্নব লৈতন পোথাব লৈতন চংসি-ল্লক্লিব কংলৈপাক থৌগিনকোন অমদি সলাই পুন্সিফমগীনু মরাইপক লেপ-চনবগী লম্বী অমনু মসক থোরকপরা থোরকক্লিবরা ইঙ্গিং পিরকফম থোকই।

## লাইনিংথৌ সনামহীগী চৈরাউব

থা (লুনার ইয়ারগী লুনার মন্থ) ১২ গী থ্বাইদগী অহানব সজিবু থা অসিগী অহৌব মুমিৎ লাইনিংথৌ সনামহীগী থ্বাইদগী চাউব চহিগী থৌরম অসি চৎলিব অনৌব চহি অসিদগী মপুং ফাব সিলহেন (জেনরেল হোলিদে কংলৈপাক অসিগী লৈঙাক লোয়সংন পিবিরে। চীংমী তম্মী কংলৈচা পুম্নমক লাইনিংথৌগী থৌরম্বু মপুংফান তৌজব ঙমজনবগী অচৌব লম্বী অম লৈঙাক লোয়সংন পিবিরে। গৌরিয়া লাইনিং চৎপনু চত্তবনু পুম লাংমিন্নরিব, ব্রাহ্মনসিংনসু লুন লাংনরিব অপুনব লাইনিংথৌ সনামহীগী থৌরম মুমিৎ অসিবু মপুং ফাব সিলহেন পিবিব অসিন লিংজেল মায়ব,

পুম্নমক হিংমিন্নব অমদি ভারতকী অপুনব রাখল সাগৎপগী লম্বীদি থোক্তখাং অম চংসিল্লে হায়বসি পুম্নচুম চুম্নব রাক্কমনি। মরম অদুন মতম কুইনা পেম্নতন লৈরুরব অচৌব পল অম লাম্মোয়রক্লিব অসিন কংলৈচাসিংগী অমদি কংলৈচাসিংগী লৈঙাক লোয়নসং পুম্নমক্কী য়াইফব অম অনৌব চহি অসিন পিরবনি। মতম চান লৌখৎপিরকপ লৈঙাক লোয়নসংগী স্নপচিম্ন পল্লগ বিলাং লৈঙাক্কী থৌরাং অসি চাংমী তম্মী কংলৈচা পুম্নমক্ক তরাম্ন ওক্লরক্লি। লৈমম অসিগী সক্তম কন্নবগী লম্বী অমনি।

## থৌসিনকোনগী লম্বী

অনৌব চহি অসি কংলৈপাক থৌসিনকোনগীদমক্তদি অথম্নব চহিনি। চহি ২১ ঊনাংকী থৌগল ফংজরকপগী ২৫ সুব "সিলভর জুবিলি" তাম্নিব কুমজানি। থৌসিনকোন পোক্লকপদগী পাখং মপুং ফারকপ ঈবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখংবন ফম্বাল কাথিব চহি ২৫ সুব তাংকক অহুমক্লি। থৌসিন-কোন্ন পাখং য়ুং য়ুং ফারকপ চহি ২৫ সুব চহি অসিদ সলাই পানা সিংদমসংগী (সলাই মিসন একাদেমিগী) মেন উরেপ হুনগদৌরি, সিলভর জুবিলি সেলেব্রেসন লৈপাক কম্নামক্তমদ পাংথোক্কদৌরি, অনৌব পুয়া কয়া লাইরিক কয়া পুথোক্কদৌরি, কাংলোন চা চান থুজিং ওইহুন থিজিনব লোইহুন পুথোক্কদৌ র। ১৯৮৮ থৌসিনকোনগী অনৌব লম্বী শিবি-রক্লিব চহিনি। থৌসিনকোন্ন চহি ১৫ সুরকপদ মীতৈ ময়েক লেম্নচিংব মমাংচৎকী কম্নামরম অহুগী মথক্ত, লাইফম কয়া, কাংলোন কয়া থিগতুন পুথোকখিবসিং অহুগী মথক্ত, কাংলোন সিন্দমসং লিংখিবহুগী মথক্ত— সনাম্নহী লাইনিংথৌগী চৈরাউব থৌরমগী মপুং ফাব সিলহেন (জেনরেল হোলিদে) ফংহুন চহি কয়াদগী হোৎনজরকপ থৌসিনকোনগী অনিংব অমসু থুংলরে। ১৯৮৮ সক্তম কনবগী য়াইফব লম্বী কয়া ইলিং পিবিরব চহিনি।

অনৌব চহি অসিদ কংলৈখোলবু নুংশিবা তৌবিরিব লাইরঙ্গন, হিংবতং ওয়ুব ফেরে ফেবে হাইদ্রন মপান্দল সোম্ব হিংজরিব কংলৈখোলবু খোঙ্গায় হাপ্লিবিব ঈটৈরপাক মচা পুন্নমক্কী মফমদ কংলৈখোলন কোক নোনজরি। অনৌব কুমজাসিগী য়াইফ পাউসু পিজরি। য়াইফবিয়ু।

---

# ১৯৮৮ অনৌব চহিগী য়াইফ পাউজেল

**খ্রীঃ** ১৯৮৮ অনৌব চহিন লাকপসিদ মীওইব খুন্নাইগী পুন্সিদ মুংঙাই-যাইফ ওইবানব অনৌব চহিগী যাইফ পাউজেল পিজরি। "কংলৈখোল' চেকোংবু পাবিরিব অরাপ অমক মফমসিংদ লৈরিব ইবৈচা পুন্নমক্কী মফমদসু য়াইফ পাউজেল অসি পিজরি। —"কংলৈখোল"।

**লা**ইনাং পুন্নমক্কী হোৌফম, থৌরাই-মিরেল পোন্দীনফম. অচৎ চত্ত, লে লি-পাল্লি খিংখি মসাইগোল মালেম লৈকোয়পুং অসিগী সমজাউথক মীওইব খুন্নাই অসিন মপুগী থোৌগল চংদ্রন মুংসি-চান্ন-চিন্নন হিংমিন্নব, অপিকপ ফুরুপসিংন মসাগী সক্তম ঙাকচব অনৌব চহিগী অনৌব মীহোৌরোল হোব ওইরসমু অনৌব চহিসিদগী— "সলাই পুন্সিফম"।

**অ**নৌব চহিন নোংপোক-চিংখৈ চিদাইদ অনৌব মসেক খ্ঙাল পুদ্রন চিংখৈ ফিথুপ হুন্নকপসিদ ইরৈপাকচা খৈবিক্কী পুন্সিদ অনৌব ঈচেল হাপ্তন তিং-গী ময়োল চোংলসমু। অনৌব পুন্সিরোল হোৌদ্রন মালেমগী য়ুম্বীরেল য়েম্নিং হুন্নসমু।

—"সলাই কাংলোন সিন্দমসং"।



লাইনীং লাতম

লাইনীং নৈনসং
সলাই পুজিফম

নৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল

—য়োইরেনসং, সলাই পুজিফম।

কংলৈচাসিংগী য়ুম খুদিংদ ঈমা লৈমরেল সিদবীগী খুডম য়ানরিব অসি চহি লিসিং কয়াগী মমাংদগানি। কংলৈপাক অসিদ খুন্দা লৈতাহুন মতম কুইন লৈরক্লব চীংমী কংলৈচাসিংগী ঈমুংদমু লৈমরেল সিদবীগী খুডম অসিদি অতুম য়ানরকই। হৌজিকফাওংদ কংলৈচা চীংমী কয়াগী ঈমুং মচুংদ লৈমরেলগী খুডম হৌজিকসু য়ানরি। চীংদ তাব মমুং হুনজিন্ন লৈরিব লাইনিংথূলন'চংব কবুই খুলদদি খুলগী ওইন পুন খুডম য়াহন ঈমা লৈমরেল সিদবীগী ঈসাইফু থিন্দুন হৌজিকসু লৈরি।

সলাই থুম্বোক লুপসান (সলাই এদভেনচর ইউনিয়ন) পাংথোকখিব থুম্বোক (এদভেনচর) কয়াদ চীংগী লমদমদ লৈমরেল সিদবীগী ঈসাইফু লাংতুন চহিগী লাইথো পাংথোকপ থেংনরকখি। মসিন তাকপদি, লৈমরেল সিদবী নিংবগী লাইনিং অসিদি চীংমী তম্মীন মতম সাংন চংনরক্লব অপুনব লৌরম ওমনি।

ঙসি নৌন লাইনিং অসি থিংংনরক্লব মতম অসিদদি লৈমরেল সিদবী ঈমাগী খুডম য়াবগী পথাপ অসি কাংলোন চুম চংথনবগী লৌথুন

কয়া থিগৎপগী মথৌ তারবনি। মসিন লাইনিং অসিগী মপুংফাব সক্তম অম সাগৎপদ যাম্না মতেং ওইরগনি। মপানগী লাইনিং কয়া চংশিল্লক্লব-ফাও দ লৈমরেল সিদবী নিংবগী লাইথৌ অসিদি কনৈসিংগী থক্সোয়দ ংেন মোক্তুন খল্লক্রি।

লৈমরেল সিদবীগী খুভম — লাইনিংথৌ সনামহীগী সম্ভোং পাংবদ খুভম যাম্লন লৈনবগুম্ব লৈমরেল সিদবীগীস্তু মকম লৈ। ঈমাবু 'মাংসোক কাঞ্জাও যাবা' হায়দুন লাইরোলসিংদ সীংখালৈ। লাইরোল অসিনস্তু ঈমাগী খুভম অসি নোংপোক ওন্না সাব য়ুম অমগী অয়াং থংব সকক্ত খুভম লৈ হায়ব তাকই। খা থংবন যম্মেন কৌই, অয়াং থংব সরুকপুন য়ুম অদুগী মাংসোক কৌই। লপলেন-কা হায়দুন য়ুমসাংলোন্দ লৈবিবসি অয়াং থংব পাঙ্বদ লৈ।

থায়নদগী চংনরকপদ মুংজাও অংগী যুম্বা ল ইক্ক লৈবিব সনামহী কাগী মথং অম হাক্তংলক্লগ লৈরিব কা অসিগী অয়াং থংব নাকন্দ লৈমরেল সিদবীগী খুভম য়াই।

খুভম থোব যাব মফম — লৈব তিন্নরকপগী মতুং ইন্না কা অমত্তুদ লাইনিংথৌ সনামহী অমস্তুং লৈমরেল সিদবীগী খুভম পুন্না যাগে হায়রবদি সম্ভাংগী কাচিন্দ লাইনিংথৌগী ফম্বাল য়ারগ ঈমাগীন মথক কাখৎন যুমগী মেন উত্তরপ মপা লাক্ক মায় থোক্লগ ফম্বাল য়াই। লাই-নিংথৌগী ফম্বাল মাথওন্না চিংখৈ পাংলগ লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাগান মেন উত্তরপ তম্না ওল্লগ খুভম থম্ব য়াই। খুভম সেন্নস্তু নাখল অম পিথুন পিক্ক লাইনিংথৌ কাদ যম্বাল অনিমক মায়ওন তিন্নহন্দন পুন্না লাংচব যাই।

খুভম থম্বগী কানহৈদব পথাপ — মফম পিক্ক খুভম অনিমক লৈব তারবদি কানহৈদব পথাপ অমদি তঙাইফদন তাকদবনি। সনামহী কাচিন্দগী চংখৈ ওন্না য়ংখলন পরিং অম থিংগনি। পরিং অসি য়ুমগী

কারন কৌই। কারন অসিন লৈমরেলগী ফম্বাল অমসুং লাইনিংথৌগী ফম্বাল অনি অসিগী ময়ায় খাযগদবনি।

কারনগী য়েৎ থংব নাকল্দ মেন উরেপক লাইনিংথৌগী ফম্বালগ লৈহনগনি। কারন অসিগী অই থংব মরুক লাইনিংথৌগী ফম্বাম্দগী নোংপোক চংবদা ঈমাগী খুভম অমি থমগনি। অমুম তৌরবদি রুম পিরু লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল সাব য়ারে।

খুভমগী থাবরোন -- সনামহী লাইনিংদ থাবরে ন হায়বসি য়াদব, তৌহৈদব, ন মুখ থনকসিংবু অঙনৈ। যুমগী মুয়াই লাংপ অমদি মুয়াইগী খুভম যাদগী অককুব তৌহৈদনসিং লৈ। তৌহৈদবসিং অসিবু মুয়াই লাংপগী থাবরোন কৌই।

(i) লাইনিংথৌ সনামহীগী ফম্বালগ মুম অমগী মেন উরেপ অহুগ সম্বাং চিংথৈগী কারন ব্রাংম ব্রাংমদ তাহনব য়াদে। খুদম ওইন সনামহীগী ফম্বালন সম্বাং-চিথৈ কারনগী ব্রাম অব্রাংলোমদ লৈরগ মেন উরেপন কারনসিগী খাংবদ মযায় থাইবোক থাইলোক্লন হম্ব তেতৈদে। লাইনিংথৌগী ফম্বালন কারন অমি থর সোক্ল লৈবদি য়াই, ব্রাংম লানথোকপদি য়াদে।

(ii) কারন অমগী থা থব ব্রাংমদ লৈমরেল সিদবীগী ফম্বালন লাংথোক্ল থম্ব তেতৈদে।

(iii) লৈমরেল সিদবীগী ফম্বালগী মযায় অমসুং মাংওল তহুন চুপ্সিন পাদম ১ তহুন তিন সনামহীগী ফম্বালন থোঙ সোকপ য়াদে। খুদম ওইন -



মথক্কী অসুম্ন লৈমরেল সিদবীগী মায়ওলন সনাম্বী ফম্বালন মচি ননব, মিংয়েংফম মপা তাব য়াদে। অমরোমদ সনামচী ফম্বালগী মায়ওলন চিংথৈ পাংলবম্ন অরাং পাংলবম্ন লৈমরেন সিদবীগী ফম্বাল লোকপ, ফানথোং সোকপ তৌহৈদে।

(iv) লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল মায়ওল অসি নোংচুপ অমম্নং অরাং ওনব য়াদে। খা-মৈরম-নোংপোক ওনব য়াই।

(v) লৈমরেল সিদবীগী থকথল মথোগ ২, ৪, ৬, ৮ হায়বদি চং-সি থিবদ সি তাব মসিংন ওইব য়াদে।

ফম্বালগী মরাক-মরুং — লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল লাবদ মরাক য়ুম্ন্রেম্বী, য়ুম পুরিবী অহল মুপী অচৌগী খুৎবোম অম পাক্কনি। ঈমাগী ফম্বাল অসিন য়ুম্ন্রেম্বী অচৌগী খুৎবোম অমদ লৈরবদি ঈমুং অচৌ মরা ভপই, মপুক ইংই, মচা মম্ন পূম্নমক হায়ন তানব য়াব, মারকপদ লৌব ওইচুন চাওখৎলি। খুৎবোম ১ ফাজ্রগন নিংব থুংব য়াৎলি। হেক্লগন সেল থুম লাক্লগ চৎখিবন হেল্লি, মচা মম্ন মারক মাতেম য়াগ ন্দ।

ফম্বালগী মরুংদি ঈসাইকু খিনবদ ফিভম চানব য়েংলগ মরক ছাইক্কেৎ য়েংনবগ ওইহনব য়াই। মযুংগীদি থোইদোকপ অহকপ কাং-লোন লৈতে।

ঐ-থায়ন চেকসিন্ন কাউরোইদবদি — ঈমা লৈমরেল সিদবীগী থুভম অসিদি য়ুম পুজরিবী য়ুমগী মুপী ওইবা অচৌপী মসাদ পাদম লৌরগ ফম্বাল চনগদবনি হায়বসিনি। লাইযামগী মমা ওইখিব অচৌপম্ন য়ুমচৌগী মমা ওইরিবসি য়ুম্ন্রেম্বী অচৌনি। য়ুম পাম্মুন তোওাম্ন য়ুম হেক থাইদোক্নুন তোওাম্ন চাবগ লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল য়াবিগদবনি।

ফম্বালগী অরাংব — লৈমরেল সিদবীগী ফম্বালগী অরাংব অসি য়ুম্ন্রেম্বা ওইরিবী য়ুমগী মুপী অচৌগী মায় ১ মাংগনি। য়ুম্ন্রেম্বী

লৈত্ৰগন নত্ৰগ য়ুম্বুৱেন মুপাম্নগী পাদমদগী লৌগে হায়রগন রায় মচা ১ রাংগনি। রায় মচা হায়ব অসি খুতুম তাসিল্লগ খুবী তিংথোক্কুন লৌব পাদম অসিবু খওনৈ। রায় মচা অমন খুখৌগ খুদোম্বীগ তিংথোক্কুন ওনব পাদম অসিনি। ২ অসিগী মরক্ত খুবী তিংথোক্লগ খুৎতুম তাসিন্দুনা লৌব পাদম অসিন খর নম্ন চৎনৈ।

রায় অচৌব ১ হায়রগন খুৎকী মপী খুবী অসিগ খুৎ-সাগী অরোইব মনাউ ইতোন তোনব খুৎনাউবী অসিগ খুৎ সাগী অরোইব ২ অসি তিংথোক্কুন ওনব পাদম অসিনি। খুৎ-সাগী অহোব অমসুং অরোইব ২ অসিন ওনব পাদম্বু রায় অচৌব ১ কৌই।

সমজিল্লগ য়ুম্বুরেম্বীগী পাদম লৌবদ রায় অচৌব ১ লৌগনি। য়ুম্বুৱেন অতদগী লৌরগ রায় মচা ১ গী পাদম লৌহৃন ঈমাক্সী ফম্বালগী অরাংব ওইনগনি। অসুম তৌরবদি ঈমুং মনুং মরা তপ্ন পাল্লি, য়ুম পানমিন্নরিব মুপা মুপী অনিমক চায় চিন্নন চাওখৎ থোরাং খুদিংদ সরুক য়ামিন্নব ওম্মী। মচা মনুন মমা মপাবু নিংব ওই। লল থুম চংলক্লবসু নিংথিন তুংই। লাকপগ চৎপগ চংখিবন হেন্দুনত লৈব পুন্সিহু থোক্লোই।

ফম্বাল সাবগী মচাক — লৈমরেল সিদবীগী ফম্বাল সাগে হায়রবদ খ্বায়দগী ফব সানব পোৎচাক্তি উত: রা অমসুং তাইরেন অসিনি।

অত্তে উমাং-রামাং নত্তব পোৎচাক্নসু সাব য়াই। তৌইগুম্বসুং লাইগী রায়েল অমগী মতুং ইন্ন উতং অমসুং তাইরেল অনিগী মরক্ত অমন পোৎ-চাক ওইরবদি লৈতান, মুংঙাই মথোয় কান লেংসিনবী। মরম অহুন তাইরেন উপাক্ত উতং রাগী রাচেৎক ২ পুম্লগ হেক সারবদি পুক্নিংদ ওল্হোক্ন মুংঙাইজব ফাওই। খ্বায়দগী ফব পোৎচাক ২ অসি পুম্ন হেক সিজিন্নরবদি ফম্বাল অতু মপাঙ্গলসু হেল্লি, উচল তৌহৃন সাবন চেৎপ হেল্লি। নৈকরা অমসুং মথোতদ উতং রাচেৎ থায়রগ তাইরেন উপাক্ত নপ্লগ ঈদাইফু থিন্নব কৈজা অতু উত্তং পয়া সিহৃন কোল্লবদি খ্বায়দগী মপুং ফাব হায়বহু ওই।

(মথং চেংফোংদ ঈমা লৈমরেল সিদবীগী ঈদাইফুগী রারী অমসুং কাংলোন ফংবিগনি)



## মসি মীহৌরোনগী রারানি
### ( লাইব্রিক থেংনে তম্বা )



মালিয়া ক্ষৰালচাগী কুম ৩০১৩ অসি কংলৈপাক্কী মীহৌরোন্দা লাইব্রিক লাইস্ন তম্বগী খুদাং চাওসিনব অকক্পব চহিনি। মৈদিংঙু খাগেম্বন পানব মতমদ কংলৈপাক অসিদ পাক্কন লাইব্রিক তম্বহন্নবগী থৌরাং পায়খৎপ হৌই। সনা হাকথক অসিদ অপোইননা মচা মায়চৌ, লাংগোল লুখোইনচিংব মফিং লৈরব চিংউ মায়চৌ কয়া লৈরম্মী। মায়-চৌশিং অসিগী লমজিং মখাদ মীতৈ ময়েক্কী লাইব্রিক কয়া পুখোক্তুন থম্বগী থৌরাং পায়খৎলি। মীতৈ ময়েক্কী মপী লাইব্রিক কয়া ইরম্মী।

ভাঙোম তোনবগী কুম মলিয়া কুমসীং ৩০১৩ খ্রিঃ চৈসীং ১৬৩৬ অসিদ মৈদিংঙু খাগেম্বগী মজা ঈবুংঙো অহল খোংজোম্ব লাইব্রিক তম্ব হৌই। মজা ঈবুংঙো খোংজোম্বন মীতৈ লাইব্রিক তম্ব হৌবদ মসাগী চহি ১৫ চংলে। মতমদুগী চৎনবীদ পীবা চম্বরাসিংন লাইমিং লৌদুনা মিংথৈ কংলগ লাইব্রিক লাইস্ন তম্বরম্বগী মৎং লৈব উই। চহি ১১ দগী ১৫ ফাওবগী চহি ৫ গী মতম অসি সনামহী লাইনিংদ মিংথৈ লৌনরম্বগী মরূ ওইব ভাংকক্তি। অসুম চহি থেংনে লাইব্রিক তম্ব হৌনরম্বগী চৎনবী অসি থায়নগী মীহৌরোনগী রারীদ থেংনৈ। অরূব অহুকপ কা লোনসিং তম্ব য়ানবগী থৌরাং লাইব্রিক তম্বদ লৈরম্মী। +



পুয়া নৈনব, লাতন।

# মাইবরোন পুয়া

য়োইরেনসং
সলাই পুন্সিফম

মাইবরোন ইব পুয়া অসি য়াম্ন পাক চাউখ্রে। লায়না চা কয়াগী লায়য়েং কাংলোন, লায়না কয়াগী লাইহৎলোন, লাইনা কয়াগী লাইমিং মিংথৈ লাইসোল, হীদাক কয়াগী মমিং মথা, হীদাক সেম্নবগী অককনব কাংলোন, পুন্সিরোন মচাগী কাংলোন কয়া অমদ রারী সিংবুল লাইনিং লম্বাগী হৌনবা কাংলম কয়া মাইবরোন পুয়াদ ইরি। মসিত নত্তন সাজেল কয়া লায়না লাইথুং কয়াদগী ভাকথোকনব পিরি।

সম্ন হায়রবদ মাইবরোন পুয়া অসিদি য়াম্ন তাঙলব পাক হেক যংগে তানবদ ফংঙমদব, উজা নাইন তম্ব চংব মমল য়ামলব মীওইবগী লৌসিংগী ললগৈ অমনি। মাইবরোনগী লৌসিং অসিন লায়না কয়া লাকহন্দব ঙমহল্লি, কাংলোনসিং অসিন পুন্সিবু মহৈ য়ানব ওইহন্দুনা নাদ য়েক্তব, মসা ফব, রাথল লৈব, পুন্সি ৎংসাংন পানব, মুংঙাই য়াইফব মপোক ওইহনব ঙম্মী। কাংলোন ১ থঙবদ লায়য়ুংদ রারব লাইথুং লায়না কয়া কোকচব ঙম্বস্থ মসীং নাইদন ইথন লৈরি।

মাইবরোন পুযা কনান ইবম্মী - কংলৈপাক্কী মীহৌরোন্দ তাঙলব পুন্সি কয়া পোকখি। মঙাং নিংথৌ পুন্সিব, লুরাং নিংথৌ

পূক্সিব, থুমন নিংখৌ পুন্সিব মাইবরোন কাংলোন অসিগী তোয়ন থেংনরক লাইপোক ঙাক্লোন। ঈপুধৌ পোইরৈতোন, সিংতাপুং তাঙলব কাংলোন কন্না হৈখিব লাইপোকসিংনি। লাইরু, অপোইননা মচা, থেংকুলা, লাংগোল লুখোই, রাঙু পাচে, খোঙাখুল তেপিপা, কবুই তোম্ব, খোং-নাংথাব, মোইরাং ললহানব, সলাং মাইব সৌংথাবগী লোইররোইদব মাইবরোনগী লাইপোক ঙাক্তনি। লাইপোক কয়া অসিগী মমল য়ামলব চাংয়েং (এক্সপরিমেন্ত) কন্না মাইবরোন পুন্নাদ তিন্নি। অখঙ অহৈ, চাংয়েংলোয় কয়াগী অপুনব ললগে অহুবু খোমজিল ঙাসিন্নগ মাইবরোন পুন্না অসি থম্নীরম্বনি। মরম অহুন মাইবরোন পূন্না ইব অককুব মীওই অম লৈতে। অখঙব কয়াগী মমল নাইত্রব চাংয়ুংগী লৌসিং কয়াহুন পুনসিন্নগ মাইবরোন পুন্না অসি সাগৎলম্বনি। মরম অহুন পুন্না অসি হায়রনিংঙাই লৈতন মমল লৈরব পুন্সিগী ললগে অমনি।

পাক চাউত্রব ললগে অম ওইবন য়ারেং মচা অসিদ সরুক চামা থোকপগী ১ নৈনবদ চনফম থোক্তে। মীওইবদ কান্নগদব অচম্ব পরিং মচা থরদং সংকৎলগ নৈনজবন য়ারেং অসিগী পান্দন্নি।

মপাল-ঈপাল থোকপগী কাংলোন — মাইবরোন্দ মপাল ঈপাল থোকপগী কাংলোন থর পিরি। কাংলোন থর অসি মীওইবগী পুন্সিদ হায়রনিংঙাই লৈতন কান্নব ফংই।

(১) হক্কী ঈসিং হকচাংদগী মপাল থোকহনখিবগী থবকপু মপাল থোকপ, হক্কী ঈসিং চৎপ কৌই। হক্কী ঈসিং চংলিঙৈ মতম অসি চৈল উমসিন্নগ রা ঙা দন লৈগনি। মপাল থোকপ হৌবদগী লোইত্রিক্কাঙব য়া কন্ন চিক্সিন্নগ থমগনি। লোইবগ তপ্ন তপ্ন য়া চিকসিন্নর অহু থাদোকনি। অসুম মপাল থোকপ থুদিংগী য়া চিকসিন্নবদি য়া পুন্সি।

(ii) হক্কী ঈসিং মরায় চল্লকপদ চিকসিল্লর য়া কোমথোকহল্লগ য়াউম অম যাহৌরকপগী ঈসিং চংপ মতমদ উমসিল্লগ অমুক চিকসিন্দুনা থমলগ লোইরগ প্রুক প্রুক তেংহুন য়ারি য়াখোঙ সেংদোক্লবদি য়া নাব, য়া তিন চংবনচিংব তৌদে। য়া, লৈ অমদি য়ারিগী লায়না অয়াম্ব কনব ওন্মী।

(iii) মপাল থোকপ মতমদ মুমিং, খা, থরায়মিচাক সিদবদ মায় ওনসিন্দুনা থোকনদে। মপা থোক্কব য়াদহুন থোক্লবম্ব মচিদ মরুমদ মপাল থোকনি। মসিন লাইনীং লম্বীদ মভাল ফংবগী লম্বীদ মায় পাকহল্লি।

(iv) ঈমাগী পিবুকমুংদগী মালেমথক্ক ইহান হায় তারকখিব মতমদ ওনব মায়ওল অত্নুদ মপাল থোকপ খুদিংগী ওনব ভমলবদি সিরব মতমদ মিরাল লম্বা ওইহুন লম্বী থঙদন চংখিব তৌদে হায়হুন পোকপ মতমগী মায়ওল মীতৈ মায়চৌসিংন চেকসিন্ন লৌননব হোৎনরম্মী। মমা মপা ওইবসিংনসু মচা মসুগী পোকপ মতমগী মায়ওল চেকসিন্ন লৌনরম্মী।

(v) হক্কী ঈসিং যাহৌরকপদ লৌহৌব (ময়ায় চল্লকপ মতমদ লৌব) অসিন উনসাগী মকমসিংদ তক্কুন তৈবদ উনসাগী লায়না অয়াম্বদ কায়ব পি।

(vi) ময়ায় চনব হক্কী ঈসিং অত্নু চাকখাউ হাওব মতমদ খুজোক অম থকপন পুক্কী, খিরিলগী অমদি চাকখাও মরিলগী লায়না কয়া কোকহনব ওন্মী।

মাইবরোন্দ কাংলোনগী মতুং ইন্না হকচাংদগী থোকপ ঈসিং=হক্কী +ঈসিং অসিবু কাংলোন খঙন সিজিন্নব ভমজরবদি লায়না ৫০/৬০ গী মথক্ক লায়রেংব ওন্মী। পুন্সি হুংসাংহনব ওন্মী। লাইনিং লম্বগী অচুম্ব মভাল তানবদ মতেং ওই। অসিত নত্তন কুচু কুমেন কজহনবদ,

# সিদ-হীদাক
## ( মুংগারৈ )

রাখল অমসুং লৌসিংগী তুংনকম ওইরিব কোক্কী লেমফু অদি কহনরম্ব তোয়ন সিংথানরিব মুংগারৈ মীওইবগী পুক্কিদ সিদ-হিদাবনি। রাখল লৌসিংন থরায় ওইহন হিংলিব মীওইবন মুংগারৈগী সিজিন্নকম্ব মুক্তদর হায়বসি মমল নাইত্রব লৌসিংগী লল অম মথুক্ত লৈত্রবনি হায়বদ হান্নমনব থোক্রোই।

কাংলোমগী রাহৈদ মুংগারৈবু 'এস্পেরগস রসেমোসস' হায়ন থত্তৈ। সংসক্রিৎন সতাবরী কৌই, হিন্দিন সফেদমুসী হায়ন কৌই। মুংগারৈ য়াম্ন থিজিন হুমজিল্লিব লৈপাক অয়াম্বন সম্থওলব হীদাক অমনি।

সিজিন্নবগী মওং (i) মুংগারৈ মরু (মহৈগী চমচ ৫ ঈসিংগ সংগোমগ তংথায় তংথায় য়ামব কে জি, মথাম ($\frac{1}{2}$) অমদ থাদরগ গ্রাম ২৫০ ত ওায়বকাওব ভৌরগ থাক্কক (সিজন) অমদগী চহি ওল্লকপগী থাক্কক অহুমক হৌগংলকপ ফাওব থক্রবদি মীওইবগী লেমফু (ব্রেন) অসি হায়নিংঙাই লৈত্তন কৈ। থম্মোয় সোনবগী অনাব লৈব মীন থক্রগ থম্মোয় কনথংলক্রুন অনাব কোকখি। ময়াং কংবন থক্রগ মদা নোম্নথংলি। রাখল-লৌসিংগী চাং য়াম্ন হেনগৎহল্লি। থাক্কক ( সিজন ) হোংলকপ খুদিংগী মরোয় নাকুপ্পী গ্রাম ১০০ রোমগী চাং হাপ্তুন ফুংলবদি মীওই-বগী মুপী মুপাগী ফম্বী য়াম্ন ফহল্লি, ফম্বী কংসিনব মীগী ফম্বী মম্নোল চোংহল্লি।

(ii) মুংগারৈ মনাবু থীন ভৌরগ গ্রেম গ্রেম লাউব মকুপ অহু নোইথাম্নরগ অপোম্ব অতংবদ তৈন পোম্ব ফরব হীদাকনি।

(iii) মুংগারৈগ লোয়নন সিজিন্নবদ রাখল লৌসিং য়াম্ন হংখোনহনব মম্নাক অতৈদি হাযেং মথোম, উচিখি থোইহি, চিনি অঙাংব অমসুং সনগী অসেংব থী অসিনি। +

ঈ চেলহনবদ, হকচাংগী সিংলী নাউরী কয়া তাসিনহনব, মপাঙ্গল পিবদ হকী ঈসিংগী সাংলব কাংলোন লৈ ।

মসিতনসু লোইব নত্তে। হীদাক অথম্বব কয়া সেম্বদ হকী ঈসিংন সরুক ৯ পুব মসীং নাইদন লৈ। মীগী মসাদগী ফংব হকী ঈসিংঙ নত্তন মন অমুবীগী ঈসিং, ঈরোইগী ঈসিং, লামেংগী হকী ঈসিং হীদাক সেম্বগী কাংলোন কয়াদ ভোম্মন সিজিন্নরি। য়হৌশা লাইরেম্বীন লৌসিং অসি পিবিদুন পোক্লক্রব মা-মনসিংন মখোয়গী মসেলগী মরক্ত হকী ঈসিং মপাল থোক্লকপগী মতম অসিদ অমগ অমগ থরুত্থুন মসাগী লায়না কয়া লায়-য়ে হৈজ, মসাদগী লায়না কয়া মখোয়দ থক্লিব হকী ঈসিং অত্থুন কল্লি।

নৈনব সরুক — মাইবরোন অসি অথওব মীসিংদগী তম অম চংই। তম মতমদ হীদাক সেম্বগী মওং, হীদাক ময়ালগী চাং, ফিভমগী মতুং ইন্না গোংদোক হোংজিন ভোবগী তংককসিং সিজিন্নবগী হৌগংল মথা তাথব—লোইসিনবগী হৌনবী সরুকসিং, লায়না অমগ অমগ য়েংসিন্নদুন নাবদ থওজিনগদব অরুম লৌসিংসিং, চাংয়েংগী সরুক, লায়ওং লেপ্পগী পথাপ (দাইগ্নোসিস ভোব), মিহুল মরোল, সীংলী নাউরী থাইদোক্নুন য়েংব, হকচাং কয়াংলোন (এনা তামি সাইন্স) লায়নাগী মসক মমিং মওংসিং, অমাব অমসুং য়াদব—কয়া অসি তমগ্রবদি য়াদে।

তমগ্রগসু ইপাগী লৌসিং সিজিন্নদুন কান্নব লৌব য়াব তাংকক কয়াম্বরুমসু য়াওরি। থুদম ওইন (1) মিংকী সিংলী মচাসিদ ঈ চংসিনদুনা ভাংলকপ, মিংকী মথক্ত লৈব সিংলী উতোং মচাসিংদ মহীক্ত পোকহল্লকপ মিংনাবগী কৌগংলকপ তাংকক্ত যাহৌরকপগী হকী ঈসিং ময়াম চন্নকপ সরুক্তকী লৌরগ নিংথিন মিংপু চামথোকপদ অনাবহ্ন কৈ। মুমিদাং তুম্নমদাইদ অমুক চপ মাম্নন পাংথোকপদ অয়ুক্তগী

থর হেন্ন থুপকনি। মথা লাওব কোন মচা অমদ পিক থন্ন হক্কী ঈসিং অত্থু হাপ্পগ মিং অত্থু লুপসিল্লগ যেক্ত—ওইদ- থক্তে – থাদ হঙ্গৎ ছন্দা হন্ন হন্ন য়েংত্থুন সান্নব, মিং নহা অসি য়েংকোমদ অমুক ওই-রোমদ অমুক ওন্ন ওন্ন কোম্নওৎ ওক্নুন য়েংব কান্নব ফংই। লায়য়েং অসিমথক্তন হীদাক লাংথক অমত্ত চংদন ফহনব ওগ্নী। অসিগুম্ব অচম্ব অসিদি পারপ নৈনরগ ঈসান হোংনজবদ মহৈ নীংথিন চাব ওগ্নী। (ii) ওল্লিডৈদগী চাং নাইন মরক মবক্ত হক্কী ঈসিংন কোক লুব, সমখোঙ তপ্প তপ্প নোইত্থুন হক্কী ঈসিংন তকপ সমখোঙগী লাযনা কয়া চংলকপ ওমদে, পোক ওম্ন হৌবদগী কলহৌব ওগ্নী।

মথক্কী থুদম থর অসিন উজা নাইত্রবস্থু চুম্ন নৈনবত্তন কান্নব ওমগদব মতাংসিংনি। উজা নাইদব য়াদব সরুকসিং থমলগ নৈন-বত্তদ কান্নব লৌব ওমগদব সরুকসিং মতাং চাবদ মতেক মতেক কংলৈখোলদ নৈনজরক্কনি। মাইবরোন পুয়া নৈনবদি চুম্ন অয়াওবত্তং পনবনদি কান্নব ফংব ওমদে। মরম অত্থুন পুয়া নৈনসংন মাইবরোন পুয়াবু নৈনজরিবসি অথও অহৈ উজাসিংদ থনজক্লরগ, তম্ব য়াব সরুকসিং তমজক্লয়গ, তম্বদগী ফংলকপ মাইবরোন সিজীন্নবগী কাং-লোনসিং অত্থুগী মতেং লৌরগ থওবদ মুংঙাইনব অরায়ব মওংদ কংলৈ-খোলদ ফোংদোকচবনি।

( মথং চেক্কোংদ মাইবরোনগী মিহুল অমম্নং মীওইবগী পুজিদ মিহুন অসিন তাক্লিব থওদব য়াদব মতাংদ নৈনব অম ফংখিগনি )।

# কাংলোনগী তাইবং

## মীওইবগী পুক্নিদ ঈসিং

—কাংজীয়া।



কাংলোম্ন ( সাইন্সন ) হৌজিক ফাওবদ সকখঙলব থ্বাইদগী হেম্ন পুন্সিদ চংলিবসি হয়েন মুংসিং ( ওক্সিজেন গ্যাস ) অমস্তুং মহী (লিকুইদ) ২ অসিনি। মিংকুপ থরদং হয়েন মুংসিং লৈতব মফমদ লৈব থবায় পানবসিংন সি, হিংব ঙমদে। মুমিং থরনি মহী ফংদবদ পুন্সি অসি হিংব ঙমদে, সি। মরম অদুন কাংলোম্ন থ্বাইদগী হেম্ন হিংবগীদমক সীংথাগিব অসি হয়েন মুংসিং ( ওক্সিজেন ) অমস্তুং মহীনি।

লাইজ ঈসিংন পুন্সি পী — মীতৈগী কাংলোন্দ ঈসিংবু লাইজ ( লাই+চা ) হায়বদি লাইগী মচা হায়ন সীংথারম্মী। পুন্সি হায়বসি লাইন পিবনি, পুন্সি হায়বসিগী হিংনব প দৈ ওইন ঈসিং চংই হাযবদগী লাইগী মচা=লাইজ কৌরম্বস্ন য়াই। পুক্নিগী ইহান হানব তাংকক্ত ঈমান থোম্নাং ওইন মহী পী।

ঈসিং হায়ব ৱাহৈন পুন্সিদ ঈগী অরাংপ মেনখংপ মাওখিব ঈগী সরুকপু সিংগংলি, হাপচিল্লি হায়বগী ৱাহন্থোক পিব ওমই। কাং- লোনগী তাইবংন হুকচাংগী ঈ অসিগী অয়াম্ব সরুক ইসিংনি হায়বসি হৌজিক্কি খঙলে। ঈসিংগী সরুক অসি নোংমগী মনুংদ চাং য়াম্ন মাওখি। হক্কী ঈসিংদ, হুমাং সৌদোকখিবদ, নিংসা হোন্দোকখিবদ, খোঙ হামদোকখিবদ, নপ তিলদ অমদি লোক অমদি পিনচিংব সরুক কয়াদ হুকচাংদ য়াওব ঈসিংগা সরুকসিং লোইখোকখি। লোইখোকখিব সরুক- সিংবু ঈসিংগী সরুক ওইন মীওইবন চাবদ থকপদ লৌসিল্লগ অমুক অমুক সিংগংলি। অমুম্ন পুন্সি অসিবু চাং কায়হন্দন হিংহল্লি। ঈসিং=ঈ+ সিংগংপ হায়ব ৱাহৈ অসিন মহাক্কী থবকপুসু নিংথিন তাকলি।

ফ্রান্স লৈবাক্ত ঈসিংবু চেকাসন্ন তৌবি ঈসিং মখল পুম্নমক্কী খোং-ঈসিংন ( মিনরেল ৱাতরন ) খ্বায়দগী হেন্ন হুকচাংদ কাম্লে ফ্রান্স লৈপাক্কদি ফ্রেন্স মিনিস্ত্রি ওফ পব্লিক হেলথকী লোয়সংন খোং- ঈসিং ( মিনরেল ৱাতর ) খ্বায়দগী অফব মখলগী ওইহন্নব সেল য়াম্ন থাদহুন হোংনখ্রে।

খোং-ঈসিং অসি সরুক অমস্তুং মওং ২ থোক্ন ফংহল্লি।

(1) মহৌসাগী ফিভম ইকাই কাম্নহন্দন (নেচরেল ফ্রেং হেং) বেক্তৰিয়া অমদি অতৈ পোংচাক ( কেমিকেলসিং ) চংহন্দন থম্ব খোং- ঈসিংগী মখল অসিন অহানব মওংনি।

(11) মখল অমন কারবোনেং তৌরগ মসাগী মনিল অমস্তুং নুংসিংকী চাং কায়হন্দন ( ফিজ্জি স্তেত্তা ) লিক্লি মহুংদ নম্রগ অচোংপ কোনসিংদ হানজিন্দুন থম্ব মওং অসিনি।

খ্বায়দগী মমিং চংপ ফিজ্জি ৱাতর - খা থংব ফ্রান্সত লৈব ভরজেজী কোব মকমদ ফংব ঈসিং ঈফুং অমদগী মতোমত কারবোনেং তোজরক্লব ঈসিং অসি ফ্রান্সকী কাংলোক্লোয়সিংন (সাইন্টিস্তসিংন) থিগত্তুন

নিংখিন য়োক্তুন থম্লি। ভরজেঞ্জীদগী ফংব ঈসিং ঈফুংকী ঈসিংদগী লৌব খোং-ঈসিং অসি হকচাং ফবদ মমিং চংলি। ফাওরব কিজ্জি মিনরেল ব্রাণ্ডর অসিবু 'পেরিয়র' হায়ন মমিং খোন্দুন মালেমসিদ মমিং থমখ্রে।

অহানব মথলগী নেচারেল ফ্রেঞ্চ ব্রাণ্ডর অসিদগী ভরজেঞ্জীগী কিজ্জি ব্রাণ্ডর অসিন যাম্ন হেন্না হকচাংদ কান্নব পি। কিজ্জি ব্রাণ্ডর অসিদ কার্বোন ডাইঅক্সাইদকী চাং যাম্ন য়াওই। খোং-ঈসিং অসিন থকপ মতমদ মীওইবগী হকচাংদ ওস্থোক্ত যাওন, য়াম্ন থুন চুপসিনখিব ঙম্মী। মসিন হকচাংদ ঈসিং থকপগী কান্নব খুদক্ক ফংহল্লি। মরম অদুন ফ্রান্স লৈবাক্ত থরুব ঈসিংদ অদুকী মতিক চেকসিন খোরাং পায়থংপ অসিবু মালেমসিগী কাংলোক্লোয়সিংন য়াম্ন ব্রাথল লৈব মিংয়েংনি হায়দুন খাগৎনখ্রে।

খোং-ঈসিংদ কবি করি য়াওরি -- খ্বাযদগী সেংব খোং-ঈসিংদি মহৌসা লাইরেম্বীন পিবিরিব মালেমসিগী লৈমায়দ ঈযুৎ ওইন কাওগৎনক্তুন খোরক্লিব ঈসিং অসিনি। মথল অসিগী খোং-ঈসিং অসিদ মীওইবগী হকচাংদ চংদব য়াত্রব খোং-চাক (মিনরেল) কয়া যাওরি। খোং-চাকসিং অসিন মীওইবগী হকচাংদ হায়নিংঙাই লৈতন কান্নব পি।

খোং-ঈসিংদ মহৌসান পোতাসিয়ম, কেলসিয়ম, আইওদাইনগী সকক য়াওব মেগনেসিয়ম, কোপর, আইরনচিংব হকচাং সেমগৎ সাগৎপদ চংব খোং-চাকসিং (মিনরেলসিং) অসি মরাং কায়ন ফংই।

কংলৈপাক্কী মীহৌবোন্দ -- কংলৈপাক অসিগী মীহৌবোন্দ কৌবরু চীংগী ঈসিং, কৌবরুগী ঈসিং মরক্ত সেকমাই তুরেলগী ঈসিং, মাক্লং তুংরলগী ঈসিং অমসুং লম্মাংদোং ঈফুংকী ঈসিং (স্প্রিং ব্রাণ্ডব) থায়নদগী মমিং চৎলকই। মহাক্তদ অমসুং মচাক চেনবদ ঈসিংসিং অসি সনা কোন্নুংন সকখঙলকপ অথম্বব সংনি। অসিত নত্তন ঈসিং মকম থর

মায়বগী হীদাক-খাউ

( ঈসিং লায়য়েং )

মীতৈ মাইবসিংন ঈসিং লাযয়েংদ খ্বায়দগী তোয়ন সিজিন্নব ঈসিং মখলদি 'ঈসিং অচীকপ' অসিনি। পুল কংনানবী অমদ নুমিৎ ৭নিদগী তাদন য়োক্লুন থম্নব ঈসিং অদু 'ঈসিং অচিকপ' কৌই। ফংদ ফংগ্রগ, ঈমুংতুন খওদহুন য়োকলমগ্রগ লৈমরেল সিদবীগী ঈমাইকুগী ঈসিং লোয়রগ ঈসিং অচীকপগী মহুৎ সিল্লি। মখুম থুমহুন সেংল থম্লিব লাইগী ঈসিংনিন অমুক হেন্ন চন্নফমস্নু লৈ।

ঈসিং অচীকপগী লায়য়েং — ঈসিং অচীকপ অসি চাকথাউ হাওলকপ মতমদ গ্লাস ১ দগী ১½ ২ ফাওব চাং নাইন থকপদ পূক চাক-থেকপী ( অলসর ) অমস্নুং লমহুল মুং লৈবনচিংবদ কান্নে। ঈসিং অচীকপবু অমুক নুংথিল নুমিদাং কায়দন থুজোক অচৌব ৩/৩ থক্লবদি পুন্সিদ ঈসিং য়াফম মুঙ লৈবগী লাযনা নারোই।

হকচাংদ অমোৎপ, অহেনব পোৎচাক য়ায় লৈরব মীন ঈসিং অচীকপ লুপথোক্লব ঙিন য়েৎপ, থোম্ব, লাকসিনবগী লায়য়ং চৎথবদ হকচাংগী অহেনব অমোৎপসিং মপান্দ থুন য়াংন পুথোকহনব ঙম্মী। অয়িংব মফমদ হকচাংন মতোমত মৈসা পিসিনজে। মসিন ঈচেল হেনগৎহল্লি, ঈদ লৈব হকচাংদ লৈব অমোৎপ সেংদোকপদ মতেং পাংই। অঙাং সাগত্তুন য়াং চিংথেকপদ ফি অচোৎপ যোম্ব-য়েৎপ পুন্সি কলহোনবগী অমত্ত ঙাইব পান্বেনি। হীদাক সেম্বদ ঈসিং অচীকপ অমস্নুং খোইহীগ মাম্নন ফব মহুৎ অম লৈব্রে। +

অমম্ব লৈরি। ঙসি কাংলোন ভম্রিব মহৈরোয়শিংন কংলৈপাক্কী ঈসিংসিং অসি থিজিন হুমজিনবগী তঙ্গাই ফদব লৈ।

ভারতকী মহুংদ মসা ফবদ, মপাঙল লৈবদ, মসা ফবদ মমিং লৈরব কংলৈচাসিংন মসাগী মথমদম অসিবু কাউথোক্তুনা অনম-অহা চুহুন লাইরিক হৈবসিংদ চপ্লগতা লোইরে খন্দোক্তুনা লৈথোকপ অসি মতমগ চুনদ্রে। অসৌ অনৌব লৌসিংগী কাংলোনগী লায়রিক হাইদোক্লব তমলিব মহৈগী মহৈ চাননব হোৎনগদবনি। লাইরিক হৈবগী মথক্ত লাইস্থবুস্থ খঙবগী চাওখৎলব মতম অহু ঙসিগী কংলৈপাক অসি ওইরবনি।

ঈসিংন মীবু কবম্ম সিহল্লি — মীওইবগী হকচাংগী অরুম্ব অসিগী ১০০গী মহুংদ ৭০ য়োমদি ঈসিংগী সরুক্নি। হায়রবদি কে,জি, ১০০ লুম্ব মী অমগী হকচাং অহুগী মহুংদ কে জি, ৭০দি ঈসিংগী সরুক্নি। অতুনদি ঈসিং হায়রবসিন মীওইবগী পুন্সিগী সরুক ১০০ থোকপগী ৭০ পুরিবনি।

মরম অহুন ঈসিং হেক য়াংপদ হকচাংদ দিহাইড্রেশন থোক্তুনা মিং ফাওব পাংব ঙমলোই। ঈসিং য়াংপদগী দিহাইড্রেসন থোক্তুনা পাঙল পুম্ব মাঙখিবদগী সিব থোকপ য়াই। চুমগী খোঙ হাম্ব লায়নাদ মহী হেম চংখিবদগী দিহাইড্রেং তৌত্রন মী সিনরিবসি মরম অসিদগীনি

মীতৈগী পুন্সিরোন্দ ঈথক-কাংলোন — মীতৈগী পুন্সি-কাংলোন 'পুন্সিরোন' চৎপ অহল লমলসিংন নোংমগী ঈথক ও হায়হুন খনম-লিবসি হায়ন্সিংঙাই লৈতন কাংলেনগী মঙাল ষংলব মালেম অসিন লৌখত্তব ঙম্মরোইদব অমনি।

মীতৈগী পুন্সিরোন কাংলোন্দ (i) য়াহৌ ঈথক (ii) ঙুংথিল ঈথক (iii) য়াতা-ঈথক হায়হুন ঈসিং থকপগী মতম অহুম থনম্মী। (i) য়াহৌ ঈথক হায়বসিন ঙমিং ৭নি পুল কংনানবী অমদ য়োক্লব ঈসিং অহু য়াহৌ-রকপ খোঙ লৈপাক ভাত্রিভৈদ থকপ ঈথক কাংলোম্নি। (ii) ঙুংথিল-ঈথক হায়ব অসিন অয়ুক্কী চাকলেন চারব মতুং মুথক অমগী মতুংদ

হায়বদি হৌজিক্কী পুংদ পুং ১½ গী মতুংদ মুংথিলগী সরুক চংলকপদ থকপ ঈথক-কাংলোনি। (iii) য়াতা-ঈথক হায়বসিন মুমিদাংগী চাকচা মতুং মৃথক ½ অমগী মতুংদ ( হেন্নবসু য়াই, রাৎপদি য়াদে ) মুমিদাং তুন্নমদাইদ ফমুং কারব মতু দ থকপ ঈথক—কাংলোন অত্তুবুনি।

ঈথক ৩লক অসিদ সিঙ্গিন্নরম্লিব ঈসিং অসি পুল কংনানবী (পুক মসান মুংসিং—মুংসা ফাওদোক্নু চৎথোক চৎসিন তৌজব ভম্ব মীতৈ পুক মথল অমনি ) অমদ যামত্রবদ মথুম খুমজিল্লগ মুমিৎ ৭নিদগী তাদ- খোক্নু লৈরব লাইজ ঈক অত্তুনি। ঈসিং মথল অসিবু মাইবরোন্দ (এনিসনেল মেদিকেল সাইন্সত) 'ঈসিং অচৌকপ' হায়ন কৌই। হকচাংগী লায়য়েং কয়াদ 'ঈসিং অচৌকপ' হায়বসি সিজ্জিনৈ। মরম অদুন ঙসিসু ইতাউ তাউন পংচৎ চৎপগী মহুত্ত অসিগুম্ব কাংলোন নাইব ঈ সং পুক অমমমদি য়ুম খুদিংদ থিনফম থোকই।

নোংমদ ঈসিং কয়াম য়াম্ন চঙবগে -- মালেমসিগী কাংলোন তাইবংন নোংমগী মী অমগী ঈসিংগী মচাং লেপ্নী। মী অত্তুগী মওং মতৌ, থবক, সাজেল মান্নদব মরম্ন খর খর থেন্নবদি লৈগনি। অত্তুবু চাংচত্ত পারগ ঈসিংগী চংদব য়াত্রব মচাং অমদি চাওরাক্ন লেপ্তুন থমনৈ।

মীতৈগী পুক্সিরোন্দ চৎনরক্লিব চাংচৎ অসিন নোংমদ ঈসিং খুজোক ৯গী চাংনি। হৌজিক্কী মচাংদ চাংদম্নতুন য়েংবদ ঈসিং লিতর ১ থর কত্তক নৈ। ভসিগী কাংলোন্দ পানরিবসিসু মী অমন নোংমদ ঈসিং লিতর ৯ থক্পগী চাংনি। হীরম অসিদ য়াম্ন থিজিল্লব নোংচুপকী অখণ্ড-অহৈ অম ওইরিব মিঃ গ্লোরিয়া হেংগী এনালাইসিস মতুং ইন্নসু মী অমন নোংমদ থক্কদব ঈসিংগী মচাং অসি লিতর ৯নি। চাউরাক্নসু মিঃ গ্লোরিয়া হেংন ঈসিং গ্লাস ৫ হায়ন পীরি।

ঈসিংগী মচাং লেপ্পদ ঙসিগী মালেম তাইবংগী চাওখংলব মতমসিদ চহি লিসিং কয়াগী মমাংদগী লেপ্লব মীতৈ ঈপা ঈপুসিং অহূগী মচাং অসিগ মাম্বরক্লিব অসিন তাকপদি কাংলোনগী নৈনবদ মীতৈ ঈপা ঈপুসিং অহ্ম খক হুম্বন লৈরমদে হায়বসিনি। হেল্লহূম খুমাং চাও-সিল্লবগী ময়েক লারব খুদম অমদি চহী কয়াগী মমাংদগী ঙসিগী চাও-খংলোন অসি পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদগী লমদম অসিদ ঈসিং সিজিন্নবগী কাংলোন ( সাইন্স ) চাউন লৈরমলিব অসিনি।

খুদমসিং অসিন তাক্লিবদি ঙসিগী লাইরিক হৈব কংলৈচাসিং অসি-দগীদি থাম্নগী লাইরিক হৈব ঈপা ঈপুসিং অহূন হোৎনব য়াম্ন হেন্নমী হায়বসিনি। ঙসিগী লাইরিক হৈবসিংন লম্মাংদোংগী খোং-ঈসিং, মিনক্লেল রাতর ঈপা ঈপুন হায়ন পথোক্লুন থম্বীরম্লব অসিক্লাওব লৈ হায়ব খঙনরকত্রে। মসি চাওখংলক্লিব নত্তে, লৌসিংগী লমদদি মহাম তাথরক্লিবনি। ফিজেৎ হায়বহূদি উক্রোং অমদ স্থং-তাই পনসিন-বিরবম্ব য়াই। উক্রোং অহূ লৌসিং নৈগরে হায়নরে.ই। +

---

পাবিয়ু— "কলৈথোল" —নৈনবীয়ু

| | |
|---|---|
| ১। চেক্লোং ১গী লুপা ৫.০০ — | পোস্ত থাবগী মমল :— |
| ২। থা ৩ গী লুঃ ১৫.০০ | ১। থা ৩ গী লুঃ ১৭.০০ |
| ৩। থা ৬ কী লুঃ ২৮.০০ | ২। থা ৬ কী লুঃ ৩০.০০ |
| ৪। চহি ১ গী লুঃ ৫৫.০০ | ৩। চহি ১ গী লুঃ ৬০.০০ |

---



## অফাও অফাওবগী রারা
### ( লেমগোথীবদ ফাওব স্পেরো )

শ্রীওইবন সগোল অমথক থৌনর হোৎনবদ মতম কয়া তম্ব চংই। সগোল ২, সগোল ৪, সগোল ৬ সুন থৌরক্লবদি লুব হৌরে। মরমদি সগোল অসি ইংগিং ইরাং ডাক্তন চৎনব য়াদে, লৌসিংগী সরুক বাংলি।

অঙ্গুবু আইওরাদ লৈব জিয়ারিংগী দিক্ত স্পেরোদি য়াম লায়ব য়ানি হায়। খ্রিঃ চহি ১৯৭২ দগী ১৯৭৭ ফাওব চহি ৬ চুপ্প সগোল ৪৮ পুরপ্প অমুক্তদ থৌব ভম্মী মহাকন সগোল ৪৮ থৌদ্রন লাকপ মতমদ খ্রাইদগী মমাংথংব স্পেরোগী সগোল অহুম স্পেরো মসামক্তা খুৎ ১৩৫ থাপ্লে। সগোল কয়া অমম্ব স্পেরোদগী খুৎ ১০০ গী মথক্ত লাপ্প থৌদ্রন চেল্লিবনি।

হোৎনবগী তাইবংদ দিক্ত স্পেরো সগোল ৪৮ থৌব ভম্বগীদমক ফাওই।

হাসানি কাংবুদ মী ১৩ গী থকলোমদ রাংখৎথিব পিরামিৎ অম মতোমতগী থোঙ ১দ য়ুমকম ওইরগ মীমাংদ সাগৎপ ডম্ব অরাংবদ সাগৎপগী ফাওব তাহার দেভিস অমমুং অহাংব মুংসিংত সাংন পাইদ্রন লোংহুল ও লক অহাংবদ ওম্ব ওম্ব পাইরক্তুন অরাংব বার অমদ ভাইত্রন লৈরিবী অতোপ্প মমাংবী অদুগী মখুৎ ২দ পায়দ্রন লৈথা তারক্তনব সাংন পাইরকথিবী তেরি লেংস—২না অরাংবদ, অহাংব লমসাংদ ভমলিবসিবু স্পেরোন মাংলোমদ খুৎ ১৩৫ থাপ্প ফাওব সাংন লৈত্রব সগোল ৪৮ পুম্ব মতোমতন থৌদ্রন লীংনখি। মসি অফাও অফাওবগী রারিনি। +

# মমি কুমহৈদগী লৈঙাক্লোন্দ লাকপ

—নিংথেম

মমি কুমহৈগী তাইবংদ অমিতাভবচ্চন, বৈজয়েন্তি মালা, এন,তি,আর মমিং তাদব লৈতে। মমি কুমহৈগী তাইবংদ ( ফিল্ম ৱার্লদ ) মিতমখিব কুমহৈরোয়সিং ( স্তারসিং ) অসি লৈঙাক্লোন্দ খোঙদাবদ মথায় পাকপ্রে। কুমহৈগী তাইবংদ মমিং চৎলকপ অসিশু লৈঙাক্লোন্দ মতম সাংন সাংন ল'গৎলকপ মিংচৎক লাম্বা তৌব ঙম্লরক্রে। অদুবু লৈপাক ঙাকলোন্দ মমিং লৈরকপ মীসক অমন মমি কুমহৈদ ( সিনেমা ফিলমদ ) চপ মান্নন মমিং চৎলকপ ঙম্বদি ইয়াও য়াওদ্রি। মসি লৈঙাক্লোয় লায়ব, কুমহৈন লুবনরা? কুমহৈদগী লৈঙাক্লোন্দ লাকপন কাথৎপ কুমহৈন কুমথব ওইদুন তৌবরা? ৱারী কয়া খোরক্লগ লেপ্পন চুমগদবরা? লৈনবগী মুংঙাইরব খোঙ অমসু হাংদোরকপগুম তৌরক্রি। রাজ বাবর, সুনিল দত্ত, রাজেশ খানাগী মিং কুমহৈ তাইবংদগী লৈপাক ঙাকলোন্দ লাকলি।

## আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত

হৌজিক হৌজিক্কী ইউ, এস, এ, গী ( ইউনাইতেৎ স্তেৎস ওফ আমে-রিকাগী ) প্রেসিদেন্ত রিগান ফিলম মুভিদ খোঙদারম্বনি। ফিলম মুভিদ সেল কয়া তাশিন্নব তুংদ আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত ওইননবগী মীথলদ চোং-থোরকখিবনি। অদুবু মমি কুমহৈগী তাইবংদ মংখিব মত্ত অদু ঙসি মঙফাওনখ্রে। মালেমসিগী থ্বায়দগী ৱাংব ফমসিংগী মনুংদ ১ ওইরিব "আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত" মিং রিগান্ন ফংব ঙমখ্রে।

প্রেসিদেন্ত রিগানগী চান্নরব মমি কুমহৈদ মমিং লৈরব মোংচুপকী ফিলমগী কুমহৈরোয় চালতন হেস্তন, কনজ,রভেভিড পার্তিগী মমিং লৈরব মমি কুমহৈগী হেরো গ্রেগোরি পেক আমেরিকাগী লৈপাক ঙাকলোন্দ মমিং চাউন লৈ। করিগী চালতন হেস্তন্ন আমেরিকাগী প্রেসিদেন্তকী মীথলদ চোংথোক্লিবনো হায়রব ৱাহং অসি চাউন লৈনরিবনি।

# ঈমালোন নৈনরসি
(মরি-অনৌ চংমিন্নরসন্থ)

লাইরিক য়েংব — খাগেন্বা নিংথৌগী হাকথক্ত সেমলম্ব মীরৈবাক মচাসিংগী সনাকোন্নুংন সকখঙলব কম অমগী মমিংনি। লাইরিক য়েংবা হনজবা হায়দুন খাগেম্বগী সনা হাকথক্ত খঙনরম্মী। চিংখংখোম্ব (ভাগ্যচন্দ্র) সনা হাকথক্তগী মীরৈবাক মচাগী ফম্নি হায়দুন সং লিংহন্নমদে।

কাঞ্জি — কাঞ্জি হায়ব অসি পাঙলসিংগী সনাকোন্নুংন সকখঙব কম অমনি। ভাগ্যচন্দ্র হাকথক্তগী সঙলিংহনখিদে। পাঙল কাঞ্জি ওইব অমন লৈরম্ব থুলবু হৌজিকফাওবদ কাজিখুল হায়দুন কাওব মমিং খোন্নরিবনিনি।

সতুরান — মীরৈবাক মচাগী কম ওইন লিংখিব কোন্নুংন সকখঙব কম অমনি, সঙ লিংদে। থোংথোক থোরম কয়াদদি মথৌ চাউন পি।

## অরিব লোলদগী অনৌবদ হন্দোকপ

(i) রারো চাউকন মসেন্দি খারা থুমনোং চনবমথৈনে।
পাগ্রা ওইদুন পামা হাংলবসিংদি রারো চাউগনি।

(ii) ভমপা নংদি ক্রিথোই লৈতুনা কোলোং সুনা তেমসিংবনো ?
মুপা নংদি নতিক অহেনব করি লৈদুন চৈরোং পায়দুন সীং-নরক্রিবনো ?

(iii) লৈপাক কনবা অঙবদি থোইমা তোমসংনদবনে।
মরৈপাক্কনিংব অঙম অথৌদি পুক্রিং হোংদবনে।

(iv) ভাইবং সিদ থোঙদি সরা হংজী লোম্নঙনে।
ভাইবং মপুগী খে ওদি চুম-সো লোন্দুন চেৎন লৈবনে। +

## 'হোয়র ইগলস দ্যার' মখি কুমহৈগী ক্লিন্ত ইস্তউদ'

আমেরিকাগী প্রেসিদেন্তকী মথং মীথল অসিদি মখি কুমহৈদগী লাক-কদব লৈত্রবজ্রাংলা? মালেমসিগী লৈঙাকলোন নৈনবসিংন খোয়াংন ঙাইনরি। অদুবু মখি কুমহৈদগী লাকপ হেরোসিংগী অমুক্ত হেন্না কল্লব কাওবোই পিকচরদগী হেনব লৈঙাক কুমহৈ লাকদৌরি।

'হোয়র ইগলস দ্যার' ফিলমদ তুং ইনব লালমী ওইন কুমথিব ক্লিন্ত ইস্তউদ আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত মীথলগীদমক হৌজিক সেম সাগ্রে। রোমান কেথোলিকী পোপ জোন পাউল মসামক রোমান কেথোলিক নত্তব কুমহৈরোয় ক্লিন্ত ইস্তউদপু উন্নিংবগী ইথৌ লাংব উৎপ হৌগ্রে। রোমান কেথোলিকী পোপ জোনপাউল অসি কম্যুনিস্তকী মায়ওক্ত লেপ্প মীসল্লি। ক্লিন্ত ইস্তউদ মসামকসু কম্যুনিস্ত য়াদব মীসল্লি। অদুন কেথো-লিক নত্রবসু পোপ অসিন ক্লিন্ত ইস্তউদপু পুক্রিংদ থম্বগুম ভৌরক্লি।

ক্লিন্ত ইস্তউদকী দার্ক সিনেমাসিং, শাথিন লোবু থুগাইব মীহাৎপবু ব্রারকপ ওমথিব ফিলম "দরতি হেরি" নচিংব কয়াদ তাথিব মখি কুমহৈগী মখি অদুন আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত ওইবদ অচোব মতেং পাংগদৌরি। ওসিগী লৈঙাক ভাইবং অসিদ তসেংন মখি কুমহৈন খোঙদারক্লিব অমদি মকম চাউন কল্লক্লি হায়বসিদি অথওব থরতন থওব নত্রে, মিৎন উরবনি। ফত্তব, তমথিব শুজা কারব মেক্সিকোগী ওক্তবসিংবু লাকসিনব কাওবোই ফিলমসিং, মসান লমজিং পিব (দিরেক্সন পিব) মসান হেরো কুম্ব মখিং চংলব 'হার্ত ব্রেক ব্রিজ' অমসুং কন্ন ইনথিব 'সদন ইম্পেক্ত' নচিংব মখি কুমহৈন আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত ওইবদ মতেং পাংগনি থাজনরি।

## কুমহৈরোয়দি সেল পায়

আমেরিকাগী প্রেসিদেনত লেগ্নদ মীথলগী সেলগী চাদিং অসি হৌথিব মীথলদদি ভারতকী সেলদ পায়গ লুপা ক্রোর ২০ লোম হায়বদি লূঃ লাখ

১০০০ য়েন তিংনখি। হৌজিক প্রসিদেনত মীখলদদি লুঃ ক্রোর ২৬ (লুং লাখ ১৬০০) লোমগী চাংদ হেনগৎনিংঙাই তঙাইফদব লৈরে। মীখল ১দ লুঃ ক্রোর ২৮ থাদব হায়ব অসি প্রসিদেনত রিগানগী মতমদ য়ৌব ঙমখিদবনি। হৌজিক চোংথোকদৌরিব ফিলমগী হেরো ক্লিন্ত ইস্টউদতি চংদব য়াম্রব সেলফম অসি ওক্লনব থৌরাং লৈরবনি। অদুদ্ধ মীখল থেংনগদৌরিব মীখল্লোয়সিংদি (কেন্দিদেৎসিংদি) সেল অসি পুথোকপদ রারবনি।

সেলগী অচৌব লমজেল ১ লৈঙাক্লোয় ওইনব হোৎনবদ চংব অসিনস্থ সেল নিংথিন ফংব ফিলম স্তারসিংন (মমি কুমহৈ'রায়সিংন) আমেরিকাগী প্রসিদেনত ওইবগী লমজেলদ থোইর ক্লবনি।

লম্লোনবসীং সেল পায়।

ভারতকী লৈঙাকলোন তৌবসিংদ লম্লানবসিংন সৌগৎপদ মহৈ চাখিব এম, পি, অমসুং মিনিস্তর কয়া লৈরিব অসি সেলগী পাজলননি। মমি কুমহৈ তৌব অমন সেল ফংবগুম মীয়ামদগী সেল খোমগৎলগ পায়ব লম্লোনব সেনজাও পায়বসিংস্থ অরেম্ব অহেনব সেল য়াম লৈ। মীয়াম য়েংবদগী মীয়ামগী সেল মমি কুমহৈ তৌবসিংস্থ যংই। অরেম্ব অহেনব সেল য়াম লৈ। ধরমেন্দ্র, হেমা মালিনিদগী হৌরগ ফিলম স্তার মসাং নাইদন ইনকম তেক্স তোনবগী রাথোক লৈ। লাম্বা লৈতবী নোংচুপকী মমি কুমহৈয়োয় সোফিয়া লোরেন্সগী হৌরগ ফিলম স্তার চা কয় ইনকম তেক্স থিদবগী চাউরব রাথোক লৈ। লম্লোনমন পাম্বে কয়া তৌহুন মীয়ামদগী খোমগৎখিব লমসিং পুথোকফম খঙদন লৈ, হেক পুথোকপদ ইনকম তেক্স তকথজুন লৌখিগদৌরি। মরম অহুন তকথৎপস্থ থিংনব মীচং লেম্ব অমদি পুথোকফম খঙদ্রব সেল ময়াম্বস্থ পুথোরকপ য়ানব লম্লোনব কয়াদি মীথলদ মাগী মাগী মী কয়াদ সেল থাদৈ।



## নুপীগী লাতম
## সতী মৈ থাব

—মুমলেস্বম নিংথোল থোইবী লৈম,
সিঙ্গাক্রোয়, লমাই কাংলোন সিম্বমসং

মপুরোইব সিবদ মপুরোইবগী অসিথ হকচাং অত্তগ লোয়নন মাগী নুপী অহু মৈ থাববু সতী কৌই। মসিগী রাথক্লোন অসিনি সতী-সিস্তেম হায়তুন খঙনরিবসি। ওল্লিইঙৈ মতমদদি ভারতকী লৈপাক কয়ামরুমদ সতী সিস্তেম অসি চৎনরম্মী। মলান ফিজব নক্রগ মলান য়াজদব নুপী-বুল মমাম চংতুন মৈমুংদ হনজিল্লগ নমতুন মৈ থাদোকই। মপুরোইব সিবদ নুপী অতুন মপুরোইবগী পোংলোইফম অহুদ চোংসিন্দুন সিজো হাবব য়াত্রগন থিন ওৎপিরম্মী, মোক্কবিরম্মী, চৈথিরম্মী। চৎনব মাত্রবী নুপী অমনি হাবতুন ভমথিব মওংদ থম্বিরম্মী। নমতুন মখোঙ মথুং পুনসিল্লগ মৈমুংদ লংসিনবগী চৎনবী অসি চাউন লৈরম্মী।

চাওখৎলব ওসিগী মতম অসিদসু সতীগী চৎনবী অসি লৈপাক খরদদি তৌনরি। অসিগুম নুপীতবু ওৎপিব, নুপীতবু হত্তন লৌবিবগী চৎনবী অসি মীওইবগী মীহোৎরোন্দ য়াম চাওখৎপিত্রব সরুক অমনি।

নুপা নুপীগী মওম (রাইৎ) মাম্নরবদি — ওসিগী মালেমসিদ নুপাগ নুপীগ মওম (রাইৎ) মাম্নবগী রাথক্লোন লৈপাক খুদিংদ লাক্লে। অহু ওইরবদি নুপা সিরগ মাগী নুপী অহু মৈমুংদ হনজিন্দুন হাংপ ভারবদি নুপাসু মাগী নুপী সিব মতমদ মৈমুংদ হনজিন্দুন হাংফম

থোকই। মুপান্নু মাগী মুপী সিবদ মৈদ চোংসিন্দুনা সিগদবনি তায়ব মাকথসিদি কনামত্তনু থম্‌দে। মসি করিগীনো? খুম ওমগদব লৈতে।

লোর্দ বিলিয়ম বেন্তিঙ্ক — ভারতকী চহুমালিংব মীরৈপাক মচা লোর্দ বিলিয়ম বেন্তিঙ্কপু ওসিকাওব কাওত্রি। লোর্দ বেন্তিঙ্কন খ্রিঃ ১৮২৮ দগী ১৮৩৫ কাওব ভারতকী গোবর্নর জেনেরেল ওইরম্মী। লোর্দ বেন্তিঙ্কন ভারতকী গোঃ জেনেরেল ওইরিঙৈ মতমদ ভারতকী মুপীবু মপুরোইব সিবদ মৈ থাদোকপ অসি থিংখি। মুপা অম পোৎ-লোইবগী থোদোক অমদ বেন্তিঙ্ক মসামক্ত মুপী অমবু মৈমুংদ হনজিন্দুনা হাৎননব হোৎনরম্ব অসি থেংনখি। মুপী অদু হাৎপ মাম্মোই হায়না বেন্তিঙ্কন থিংখি। তমথীরব চৎনবী অসি লোর্দ বিলিয়াম বেন্তিঙ্কন মতম পুম্নমক্কী ওইনা থিংননবগী থবক ভারত ইহ্নান হানব ওইনা পায়খৎখি। ম সগী মমাংদ ভারতকী মুপা অমত্তনা মুপীবু হিংনা হিংনা মৈ থাদোকপিব অসিগী মায়য়োক্ত অকনব থংক লৌথৎলম্ন অমত্ত লৈখিদে। মসি ভারত পোক্লিবী চহুমা অমত্তনা পেন্দে।

খ্রিঃ ১৮২৯ দগীদি লোর্দ বিলিয়াম বেন্তিঙ্কন অকনব থবক পায়থত্তুনা সতী মিথেম অসি মুকচৎ চৎপ মাম্মোই হায়না হুকুম থোকখি। ১৮২৯ গী হুকুম অদুদ 'কনাগুম্ব কনাগুম্বী অমন মুত্রাবী অমবু মৈ থাবদ সরুক য়ামলবদি মহাক অদু মী হাৎপগী (মরদর কেসকী) চৈরাক চপ চান পিগনি' হায়বসি লাউথোকখি। হুকুম অসি ভারতকী লৈপাক পুম্নমক্ত চৎননব লাউথোকখি। মসিনা সতীগী চৎনবী অসি লৈপাক মাম্মোইনা পুমখিং থিংজিনখিবগী অহানব মীহৌরোম্নি।

মতুং তাব ভারত – অহুবু ভারতনা মসাগী লৈপাক্লোন্দ লৈজরব মতুং খ্রিঃ ১৯৮৭ কী লোইরমদাই ফাওবদদি সতী মৈ থাব থিংবগী অকনব হুকুম লৈরম্মি। লৈপাক কয়াদ মুপী কয়া মৈমুংদ হিংনা হিংনা

হুনজিন্নুন মৈ থাখ্রে। থৌদোক কয়া থুরক হাংদন থোকখ্রে। লুপ্তাবী কয়া হিংন মৈ থাখ্রে।

নুপীবু হাৎপ মীহাৎ কয়া – ভারতকী মুখ্য কয়াদ মরাল লৈজরবী নুপী কয়াবু হাৎখিবগী মওং কয়া লৈ। (i) অউনপোৎ রামদবগী হাৎপিব (ii) নুপীগী মিংদ এল, আই, সি, পোলিসি য়াওবিরগ মপুরোইবন মসাগী নুপীচবু মথুৎমক্ত হাৎজগ এল, আই, সি,গী সেল তৌনব হোৎনব (iii) নুপা হেক সিবগ নুপীস্ন সিগদবনি হায়রুন মৈথুম হিংন হিংন হুম্রিনবিব অমসুং (iv) মীরোন লৈজরবী অতোনব চয়রাসিংবু কায়ন নুপী ওইবীগী লৈরোন থদৎপিরগ হাৎতোকপিব অসিনচিংবসি ওসি ওসি নোংমত কাংদন চৎথরিব থৌদোকসি নি।

মসিগী মথক্ত পোকপদ ভাইরিব নুপী মচাসিংবু নুপী ওইন পোকলকপগীদমক মপা মমা হাৎতোকপিব মীৎথাম্রিবনি।

পার্লিয়ামেন্ত মথায়দ চঙলকপ — ওসিনি নুপীবু মপুরোইব সিবগ হাৎপিব অসি পার্লিযামেন্ত ময়াম্মক্তদ পুখোকপিরক্লে। ১৯৮৭ ইংগী লোইসিল্লকপদ রাজীব গান্ধীন লুচিংলিব ভারতকী পার্লিয়ামেন্ত অসিদ সতী-সিস্তেম্ সীংনদুন এক্ত অম পাস তৌনব হোৎনখিব অসি ভারতকী চয়ুয়া থুনিংমক্ত তরায় ওবলি। রাজীব লৈঙাক অসিন এক্ত ওয়োকুনব থাঙৎলক্লিব বিল অসি অয়াম্ব মীচুৎসিংন সোংৎনদুন মপুং কাব চৎন পথাপকী সরুক অম ওইহল্লকপ অসি তসোন মীৎথানিংঙাইনি।

পাস তৌরক্লিব এক্ত অসিন ভারতকী চয়ুয়া কয়াবু পুক্লিং থৌগৎপদ এঙন ভারতকী ইকাই খুম্নবসু কল্লবনি। নুপীবু মহব থাক্ত থম্ব থুনাই অচু কৈদৌৎঙদসু চাওথৎপ য়ারোই। সতী মুথৎপগী থৌরাংবু লৈঙাক

পথাপ্ত ময়েক সেংন য়াওহনব অসিন মরম খুদিংদ হৌনদব চৎনবী অসিবু থিংবদ মতেং য়াম্ন ওইরগনি।

সতী সিস্তেমগী অমাণ্ডবসিং — সতী সিস্তেম অসি মীওইবদ চৎনহনব য়াব থবক অম থক ওইব য়ারোই। মসিগী অমাণ্ডব কয়া-মরুম লৈ।

(i) লুপ্তাবী অমবু মপু্রোইব হেক সিবগ হাৎকদবনি হায়বসি মীওইন পোকপ পুন্সি অমবু মমল য়াওহনদবনি।

(ii) নুপা নুপীগী মতম মান্নহন্নব পুখৎলক্লিব থৌরাং খুদিংদ সতী সিস্তেম অসিন অপনব পীগনি।

(iii) নুপা সিথ্রব ঈমুং অত্থুদ লৈ'ছোগদৌরিব মচা মস্থ অহ্ মমা-বুন্থ মৈ থাহ্ন হাংপিথ্রবদি পীতৎ পাদৎপ (ওর্ফান) চিংহল্লগনি, মপুন্সি মাঙলগনি। মচা মস্থগী য়েংসিনবিনব, থাকপিনব, সেমগৎ সাগৎপিনব লৈত্রব ঈমুং অহ্ কৈদৌঙৈদস্থ অক্মব ঈমুং ওইররোই।

(iv) মপা সিব মতমদ মমাবুস্থ হাংপিথ্রব মচাসিং অহ্ অঙাংঙাক্ত ওইহৌরবদি ক্কত্তব লমচৎ সাজৎ ছয়ান চিন্থি, নিং থুংত্রব থুনাইগী অমাং অতা থোকহনব ভাক্ত ওইরকপ ভারবনি। মমাবু মৈন্থুংদ লংসিনবিহ্ন হাৎথিব নুপাসিং অহ্ন মমুমদগী সেল পুথোক্তুন মচাসিং অহ্ববু য়োক-পিগদব লৈতে। অসিনচিংব।

চন্থরাসিংন হংনিংলিব য়াহং — ভারতকী চন্থ্রা অমবু লুখ্রা হেক ওইবগ হাংপিরিব নুপাসিং অহ্ ভারতপু ব্রিটিস লালমীন লৌসিনখিব মতমদ লাল সোক্লহ্ন মমল য়াম্মী থল্লিব মপুন্সি অহ্গী

ফুপা থোকপ উৎপ ঙমখিবরা ? মমল লৈবদি মুপাগী পুন্সিতনি খঙ্গিব ভারত মচাসিং অহৌবু মরৈপাক্ত মীনাই যোংহিং চনথ্রবদ থরায় থাদোকপ ঙমখিবরা ? ঝাঁসি রানিগুম্ন সভী সোগংলিব মুপাসিং অহুন ভারত কম্নবগী লালকম অম সোক্রব ঙমখিবরা ? মসিবু হংহৈদব রাঙ্গলা ?

বারোইসিন — লভী সিক্কেম থিংনব এক্ক পাস তৌবগ লোয়নন মুপীবু লুত্রা হেক ওইবসিমদি থিংবদ পাঙ্গল যাম্ন ওইরগনি। অদুম্ন মৈনুংদ মুপীবু হিংন হিংন লংসিন্দুন হাংপ য়াত্রবম্ন অউনপোংকীদমক মযুম পানজরবী ভারতকী মুপী কবাবু নোংমত কাংদন হাংপগী থবক চথনরিব অসিমদি লৈহৌরি। অউনপোং য়ামদবগী মুপী হাংপ অসিমদি মত্তোমত সিজরিবরা, অউনপোং য়ামদবদগী হাংলিবরা হায়বগী থিজিনব অম চংলি। থিজিনব অসি মতম সাংন চংই। সেরায়ন উৎপ ওমব থোরাং তৌরগ হাংপ ভাকনিন অউনপোং য়ামদবগী হাংলিবনি, চৈরাক পিরগদবনি হায়রুন বা তুপ্ন অসি থর লুন থোকই।

মসিগী অরুব অসি লৈবন থুদোং চাব লৌহুন হূযগী মৌসিংবু মপুরোইবহুমক্ক হাংলি, মনেমপোক্ক হাংলি, অচল মুপীনফাওব হাংলি। মুপী মসেলফাওব মুপীবু হাংপদ যাওনরি। মসি ভারতকী মুপা কয়াক্ষমদি মপুকচেল পিক্ক চাওখত্তব অপিকপ রাখলত থন্দুন লৈখিবননি। মসিমদি ভারতকী মুপাসিংন মপুকচেল পিক্কিবমথৈ অম্নম থোক্কন লৈখিগনি। রায়েলসংদ তৌনব কেসনদি মুথংপ ওয়োই। অউনপোং লৈজদহুন মচা মুপী হাংপিত্রব মমা মপাহুন সেল পুথাক্কন মচা মুপীগীদমক রায়েলসংদ কয়াম কুইন হৌজিক মতমগী কেস মওং অসিবু সোক্কগদগে। মুপান মুপা মাম্ন হিংলবতদ মুপাসিংগী রাখোক অসি কোক্কদবনি। +

# কুম্বী নাচোংথাদ চৈরাওব

—য়োইরেনসং, মলাই পুন্সিফম।

কুম অম হৌব লোইব হায়ব অসি কাংলোন অমগী মথাদ তৌনব ঙাক্কনি। কংলৈপাক অসিগী চহি লিসিং কয়া পুন্সিন্নকলব চাওখংলোন্দসু চহি হৌবগী মসাগী তোপতোপ্প কাংলোম লৈজে। মালেমসিগী ফুরুপ কয়াদস্ন কংলৈপাকী কুম হৌবগ মাম্নব কাংলোন কয়া উব ফংই। কংলৈচাসিংন চহি অম হৌবগী কাংলোন হোৎপ অসিদ য়াফম অনিথক কুপ্ন য়েংই। অয়ুক মুংথিলগ অহিংগী সরুক সাংব চপ মাম্নব মতম অমসুং অয়িং অসাগী চাং মাম্নব মতম—অনি অসি কুপ্ন হোৎলগ কুম হৌবগী চৈথাথোন অসি চংনরম্মী।

কুম্বী নাচোংথা—মালেমসিদ খ্বায়দগী চাওখৎপ কাংলোন ওইন থারুক সিজন) ৪ অসিগী মনুংদ খ্বায়দগী মরু ওইবসি কুম্বী নাচোংথা অসিনি কুম্বী নাচোংথা অসিবু নোংচুপলোমগী খুৎহোক্ত স্প্রিং সিজন কৌই, হিন্দুসিংগী খুৎহোক্ত বসন্ত রিতু কৌই।

কুম্বী নাচোংথাগী থানুংদ অহিং-মুংথিল সাংব চপ মাম্নব মার্চ থাগী চৈচং ২১ অসি তাই। মতম অসি নিংথম থারুক্কী (ভিন্তর সিজনগী) অয়িংব লোইসিল্লকপ অমদি ওল্লাং থারুক্কী (সমর সিজনগী) অসাবন হৌগৎলকপ লোম্নব তাংকক্নি। অসুম্ন (i) অহিং-মুংথিল সাংব চপ মাম্নব অমদি (ii) অয়িং অসা লোম্নব, চাং মাম্নব মতম অসিদ কংলৈচাসিংন কুম অম হৌবগী কাংলোন অসি থম্মী। কাংলোন অসিদ য়াম্ন ফজব অমদি মতিক চাব চাওখৎলোন অমগী মমি তরু তরুন তাই। য়াফম অনি অসি মাঙদ থম্নগ চৈচৎলোন খোঙ্গুল মজিফুগী নোংম পানব থা ১২ গী অহৌব মুমিৎ অসিদ কুমজা অম হৌই।

নোংদোন লাংবুমলোন্দ কুম হৌব খঙনব — মীতৈগী লাংবুমলোন্দ (এস্ত্রোনোমিদ) কুম হৌব খঙনব খুদম কয়া অমম্তু থনম্মী। লাংবুমলোন্দ থারম পম্বেংদগী ( ত্রোপিক ওফ কেপ্রিকোন্দগী ) মুহিংনা অমসুং পম্বেংলোমদ ( ত্রোপিক ওফ কেনসররোমদ ) নিংথম থারক লোইবকলদুনা কাখৎলকপ মতমদ লম্বীদ খোংজোমনুবী কৌব খোৱাইমিচাক্না লম্বীগ খুনন পুং হৌগংলকপদ উনৈ। অম্সুম থারম পম্বেংদগী অমসুং পম্বেংদ লাকপ মুমিংকী লম্বীগ খেংজোমনুবীগী লম্বীগ উন্নব মতমদ কুম অনৌব চংলে হায়ব খঙই।

থরায়মিচাক চয়োল ৭ কী অহৌব নোংমাইজিংগী সক্তম আসন অমসুং নোংপোক চৎথৎনা লৈব মালেমগী পনথৈদ ( হোরাংজন্দ ) মুনিং মমুম চংখিব য়াচংব মতমদ থোক্কৎলকপ উবদ কুম অগা হৌরে। অসুম নোংপোক থংব উন্না-লম্বীগ অমসুং থংব থরায়মিচাক চয়োল ৭ কী খুদমগ অনি অসিন কুম হৌবগী চৈচৎলোন (কেলেন্দর) অম মহৌশা লাইরেম্বীগী খোঙচৎ অসিদ খুদম তৌনরম্মী। মসি লিরব লাংবুমলোনগী কাংলোন অমনি।

Spring Equinox পু তম্নরকপ — কুম্বী নাচোংথাদ অহিংমুংখিল সাংবা চপ মান্নবা মুমিং অসিবু কুম্বী নাচোং থাক্কী লমদাইব ( Spring Equinox ) হায়না কৌব য়াই। স্প্রিং ইকুইনোক্স অসিবু তাম্নদুনা চহি হৌব অসি মালেমসিগী ফুক্কপ কযামক্কী চংনৈ। খ্রিঃ চহিরোন ১২৭ অহুরাইদ মমিং চংখিব ইজিপ্তকী লাংবুমলোয় (এস্ত্রোনোমর) তোলেমীগী কাংলোন্দসু স্প্রিং ইকুইনোক্স অসিবু তাম্নরম্মী। কুম্বী নাচোংথাদগী চহি হৌব অসি ইজিপসিয়ান এস্ত্রোনোমর তোলেমীগী খুৎহোংত চংনরকই। থাগী লৈপাক্কসু (মোদর্ন চিনাদসু) কুম্বী নাচোংথাদগী অনৌব চহি হৌব অসি চংনরকই।

মিসর লৈপাক্কী কুম্বী নাচোং থাদগী অনৌবা চহি হৌই। কুম্বী নাচোংথাগী চৈরাউবা থৌরম্, 'তোথ' কুমহৈ কৌদুনা চংনরকই। রোম লৈপাক্কী মিনেংবা কুম্বা নাচোং থাগী চৈরাওবা থৌরম্, হেনমন্দুনা থিংজিন্দ্রিদৈগী মমাংদা চাউনা পাংথোকলম্মী। রোমান সিস্তেমদা চৈরাউবগী থৌরম অসি চাউনা পাংথোক্লম্মী। গ্রীস লৈপাক্কীসু কম্বী নাচোং থাগী কুমহৈ তৌনরকই। পারস্য লৈপাক্তদি 'নাউরোজ' কুমহৈ কৌদুনা নাচোংথাগী চহিগী থৌরম পাংথোকলকই।

কংলৈচাসিংনা কুম্বী নাচোং থাকক চংলকলে হায়বসি 'মোংকা সলংকা' কৌবা থৌরায়মিচাক্না নোংপোক থংবা অতিয়া মখোয়দা (ইস্টর্ন হোরাইজন্দ) থূমনা য়ুথকী য়াচংবদা মসক উবকপদা খুদম তৌনরম্মী। 'মোংকা সলংকা' কৌবা থৌরায়মিচাক যেংলগা লাংবুমলোনগী থুংহোং চংনরম্মী। অসুম্না মালেমসিগী লিরবা চাওথংলোন কয়াদা কুম্বী নাচোং থাগী ষ্প্রিং ইকুইনোক্সপু তাম্নদুনা চহিগী কাংলোন হাৎপা চংনরকই। মতম অসি মীওইবগী পুক্নিং ইথক হৌবা, মুংঙ ঙবগী মমি অমা মথন্তা পোকচবা চহিগী তাঙলবা তাংকক অমনি। মতম অসিবু ফুরুপ অয়াম্বনা চেকসিন্না পাদুনা চংনরকই।

সনামহী লাইনিংদা চৈরাউবা নুমিৎ — সনামহী লাইনিংদদি সজিফুগী অহানবা নুমিৎ নোংমা পানবা অসি ওন্থোক্লে মমলা থাম্বা ঈনাৎ অমনি। নুমিৎ অসি লাংবুমলোন্দা কুমজা (লূনার ইযার) অমা নৌনা লৌবগী মরু ওইবা অমা ওইবত নত্তুনা লাইনিং লম্বীগী তাঙলবা থৌরম অমসু পাংথোক্লরকই।

লাইনিংথৌ সনামহীদ, লৈমরেল সিদবীদ অমদি সনামহী লাইনিংগী লাই কয়াদা ফেরোয় থিঙাম হোংই। অথেনপোৎ কংলি, লাইপাউ তাই, অনৌ অপেন কংলি, মথেল লুকোয় থোংহুনা লমসাইদা থাই, যুম্নাই ঈরাংলা। কোম্বুংগী লোয়মসং পুম্নমক থৌরম পাংথোকই।

চহিগী অক ফত্তগী উমিল ভৌনৈ। চীং কাহ্নন তাইবংপানগী সক্তম য়েংই, পুন্সিরোন সান্নৈ। য়াহৈ য়াতা অহেনব, অসাউব, থংন-চৈনব, থকমি থাস ভাক্তহুন লাইনিংলম্বীগী অদেংব পুন্স তানবগী মমল নাইত্রব ঈনাং অম চৈরাউব থৌরম অসিদ য়াওরি।

থাবালদত লাইগী থৌরম পাংথোকপগী নুমিং লেপ্তুনা চংনব কংলৈপাক্কী ঈনাং অসিদদি চহি অমগী অহানব থাবাল হৌব মঙ্কিফু নোংম পানব চৈরাউব নুমিং অসি চহি অহুগী মনুংদ অমুক হন্ন লাক্লরোই দব তাঙলব থৌরংগী থাবাল অমনি।

চৈরাউব নুমিং অসিদ ঈমুং থুদিংগী অহলদগী অঙাং ফাওবদ য়াইসিং ল-মেংগী, ফিন্নু-ফিজামগী, যুম-কৈ সেংদোকপগী, লাইগী ঈসিংন ঈরু সাদেংবগী অমদি মথেল লুক্কোয় লাওবগী থবক মতম চংন পাংথোক্ক। লাইগী লৈহুল তম্ব, লমলাইগী চাকথা তম্ব, য়ুম-কৈ ঈংখোলগী মযম কয়াদ চাকথা পিব, চহি অহুমগী ফত্ত হৌথি ভাকথোকপ — থৌরম কয়া পুক্লিং চংন পাংথোক্কে।

মপুং ফাব সিলহেন পিদ্রবদি ওইথোক্কে — সাংলব স জফু নোংম পানবগী চৈরাউব নুমিং অসি লৈভাক লোযসং অমদি মহৈ তক্ষম-সংনচিংব সিনসং পুম্নমক্কী ওইন মপুং ফাব সিলহেন (জেনরেল হোলিদে) ওহৈনবিদ্রবদি কৈদৌঙৈদম্ম থৌরমসিং অসি মপুং ফান পাংথোকপ ওইথোক্কে। খ্রিষ্টিয়ান লাইনিংগী এঙ্গ মাসকী মপুং ফাব সিলহেন নুমিং কয়ানি মপুং ফান পিরি। হিন্দু লাইনিংগী চহি হৌবদগী লোইব ফাওব হন্ন হন্ন মপুং ফাব সিলহেন পরেং সান পিরি। জৈনি-জমগী, সিখিজমগী, ইসলাম লাইনিংগী মপুং ফাব সিলহেন (জেনরেল হোলিদে) অচংপ মী ইলৈ লৈতব মফম-দম্ম অহুম্মক পিরি।

অহুবু মী লাখ কয়াগী চংনবী ওইরিব, লাইনিংথৌ সনামহীগী থুভম য়ানরিব মী লাখ কয়াগী অপুনব থৌরম ওইহুন চহি লিসিং কয়াগী

মমা-দগী চৎনরক্রং সনামহী লাইনিংগী সজিফু নোংম পানব চৈরাউববুদি মপুং ফাব সিলহেন পিবিদহুন লাক্লিবসি চহি য়াম্লক্লে। মরম অসিন লাইনিং অমগী খ্বায়দগী চাউব থৌরম ওইজরিব চৈরাউব থৌরম পাং-থোক্লবগীদমক খুদোংচাব ফংদহুন ভারত লৈঙাক পথাপকী 'সেকুলরিজম' কৌব লাইনিংগী মীচং মীথায় নাইব লৈতব তাংকক অসি কংলৈপাক অসিদদি মসক থিহল্লক্লুনক লাকখিবনি লাইনিং অমগী চাউরব থৌরম অমত্র মপুং ফান পা থোকপ ভমহন্দহুন লৈরকখিবনি। মসি লৈঙাক-পসি গী মায়থিব অমনি।

লোযসং কযাদি মরন্নাই ওইব সিলহেন থানরকখি —
পাম্নৈ লৈতহুন স্কুল, কলেজ, ইউনিভরসিতি অমদি সেন্ত্রেল গোভর্ন-মেন্তকী এ, জি ওফিসনচিংব লোয়সং লিসিং হেনবন মরম্নাই হোৎনজহুন মথন মথম্ত সজিপু নোংম পানব চৈরাউব নুমিৎ অসি সিলহেন ওইন চহি থুদিংগী লাউথোকচহুন মীয়ামদ চৈরাউব থৌরম পাংথোকহল্লকই।

মীহৌরোনগী চেনা অম নৌন হায়দোক্লে — চৎলিব কংলৈ-পাক্কা লৈঙাক লোয়সংন চৎলিব চহি অসিদগীদি সজিফু নোংম পানব চৈরাউব নুমিৎ অসি মপুং ফাব সিলহেন ( জেনরেল হোলিদে ) ওইন লাউথোকপিরে। মসি ভারত লৈঙাক পথাপকী ( ইন্দিয়ান কন্সতিত্যু-সনগী ) লাইনিং পুয়মকপু চপ মান্নন য়েংগদবনি ( সেকুলরিজম ) হায়ব তাংককপু থবক ওইন উহনব হৌরকপগী ফজখ্রব থোঙথাং অমনি।

হৌখিব চহি কযাদ নুমিৎ অসি মপুং ফাব সিলহেন পিবিনব কংলৈ-পাক থৌসিনকোন অমদি সলাই পুনসিফম অকনব থোঙথাং চংসিল্লক-খিবনি। রিসাং লৈঙাকী মতমদ এজু ইদুকেসন মিনিস্তর আই, তোম-পোক্কী লৈঙাক তাংকক্ত তকসিনবগী থোঙজং মথং মথং চংসিল্লকপ অদুগী

মখৈ ওইন মুমিৎ অসি 'রেন্ত্রিক্তেৎ হোলিদে" ওইন মরক্কী লাউথোকপ অমন খঙ্গিখিবনি। মতমম্বুদ সজিকু চৈরাউবগ ইমোইমুগী মুামৎ রাকচিংগী ১২ নি পানব অসিগ মপুং ফাব সিলহেন লাউথোক্ৰব অকনব খোঙজং চংসিনখি। মুমিৎ অনিমক রেন্ত্রিক্তেৎ হোলিদে ওইন চপ মান্নন থম্মীখি।

ঙসিদি কংলৈপাক্কী মীহৌরোনগী লামায়দ অনৌব ময়েক অম তাব হৌগংলে। মতম সাংন কংলৈপাক খৌসিনকোন অমদি সলাই পুন্সি-ফম্ম লেপ্ল লৈতন তানজরকপ খোঙজং অমাদ মপুং ফান ফংজরে। খোঙজং অসিদ তোঙান তোঙানব লূপ কয়ান মতেং চাউন পিখিরকখি। লমদনসিগী লেজিসলেতিভ এসেম্বলিগী মেম্বর (এম,এল,এ,) কয়ানসু মতেং পিখিখি। অরিব রেকোর্দ অমদি এথেন্তিক দোক্যুমেন্ত কয়া চৈরাউব মুমিৎক মরি লৈনব সলাই পুন্সিফমগী মায়কৈদগী পুথোকপ যাবমখৈ পুথোক্তুন পিজখি। থৌরম অসিগী এথেন্তিক ওইব দোক্যু-মেন্ত কয়া পুথোকপদ অখণ্ড অহৈ কয়ান সলাই পুন্সিফমদ মতেং পিখিখি। অসিগুম্ব অপুনবগী মতেং কয়া অসিদগী লৈঙাক লোয়নবংন অনৌব মীহৌরোনগী লামায় অম হাইদোকপদ পাঙল ওইখিবনি। মসি পুন্নমক্কী মায় পাকপনি। লৈঙাক লোয়সংগী মতম চারব অচুম্ব রংহেল-সিংগী মতুংদ মৈন ঈসিংন চম্মতুন কোক্ক বাইদব অথঙ্করব অমনি। রিসাং-লৈঙাক অমসুং মতেং চাউন পাংবিখিব ওনয়েবল এম এল,এ, কয়াবু তুংগী মীরোন কয়ান থক কাউথোকখিব ঙম্লোই। ইচং থৌরব লৈঙাক লোয়সংগী অচুম্ব রায়েল ঙসিন কংলৈপাক অসিগী মীহৌরোন্দ ইতুন লৈবগদবান।

অনৌব চহিন লাকপদ লৈঙাক লোয়সং ঙসি চাওখৎপগী মথক্ত চাওখৎপ যাইফব ওইরক্রসনু। +



## মুৎসিল্লক্লব কাংলোনসিং করম্না হিংহন্নব হোৎনরকপগে ? (৩ সুব সরুক)

পুথোকচব—

সলাই কাংলোন সিন্দমসং .

মমাংগী কংলৈখোল চেক্ষোং অনিরক্ত মথং মথং সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী পীবা চঙ্গুরা কয়ান সিস্তাক পুরেল উজা কাংজীয়াপ উন্নতুন কংলৈপাক্কী মুৎসিল্লক্লব কাংলোন কয়া অসি করম্না থিজিনবিরকপগে হায়বগী মতাংদ য়ারী য়াথুল কযা লৌজবগী য়ারোল হাপচখ্রে। উজা পুরেল্লন খনবিরকপ উজা কয়াগী মরী মথোংস্থ পিজখ্রে। ঔরাইমিন্নব মতমদ তুংগী মীরোন্দ কান্নরক্কনি খন্দুন মতমতুগী উজাগ লোয়নবিরম্ব মীওইসিংন ক্ষোতো লৌহৌবসিংস্থ মতাং মতাংদ য়োক সাহুন সক্তম ওইন চেফোংসিদ মথং মথং হাপচত্রে।

( কাংলোনসিং অসি হিংনব হোৎনবিরকপদ মতম চংন থিরকপগী য়ারী অসি যাম্ন মাংখিব-মরম অমদি মরোন মরোন নাইন লৈখিব মবম্ন সৎকৎপ য়াব মতাং কয়াস্থ চেক্ষোংসিদ মথা তান ক্ষোংদোকচরি।

— সলাই কাংলোন সিন্দমসং। )

থুচা লৈসেম্ব— উজা পুরেলগী লোইব নাইররোইদব হুংঙাইরব কাংলোনসিং থিগৎপিরকপগী য়ারী কয়াস্থ তাজরে। মতাংসিদ কৈবুংগী ঈথৌ সনাতোম্বগী কাংলোনসিং অসি য়াম্ন অহকপ ওইন তাকপিবস্থ তাজরে। ঈথৌ অসিগী মচা মুপা কৈবুং(মনিসনা পাবুং অসি নত্তব অতৈ ঈথৌগী সিন্দমলোয়সিং খরগ খডজনিংই। য়াকম খরদংগ তাকপিয়ু।

পাউখুম — সনাখ্বা পুরেলগী সিন্দমলোয়সিং য়ান্ন যামক্লে। এম, কে, প্রিয়োবর্ত্ত, সনাখ্বা মধুরজিৎসনা, সনাখ্বা সেতুসনা, হিজমগী নেতা



(সক্তম অসিদ পাবুং থোকচোম ইবোহলগ উজা পুরেলগ হুয়েন লাংলোন তমব, ফুন কাংলোন ঔরাইমিন্নরিবগী ফিথুপসিং উরি।



( মথং চেফোংদ চিংখৈরোজ চোংবগী মতাং সক্তম অসিগ মরি লৈনব বারী মথা তান ফংবিগনি।)

ইরাবোৎ মেম্বর, সরাইজম সনাজাওব (দরবার মেম্বর অসিনচিংব মসক নাইরব মীওই কয়া সনাখ্বা পুরেলগী চিন্দমলোয় ওইথি। লৈসাংথেম বাকনি, থৌনাওজম তোম্বাইমা, মাইবম হৈতোন, বিরচন্দ্র সনা, খুমুকচম ইবুংতোহল, থাইদেম কুনজবিহারী, থোকচোম ইবোহল (ময়াম ইবোহল সমক্র হায়ন থঙনব), অরিবম কুনজবিহারী, মাইসনাম গৌরনিত্যাই, সনাখ্বা সনাহল (সংজাল একাদেমি লিংবিরিব) অমদি ঙাংবম স্যাম-কিসোরনচিংব মহৈরোয় মথং মথং যাম্না লৈখ্রে।




সিনামচা খুমন অপানব

মহৈরোযসিং অসিগী মন্নুংদ হৌজিক হৌজিক চহি য়াম্নবা ওবদ চোংব-ফনব, লাক্রকান ঙমলিব উজাসিংদি সি, সি, স্কুলগী রিতায়ার্দ সংজাল ইন্সত্রক্তর উজা থোকচোম ইবোহল (সমক্র) অমদি সংজাল একাদমি লিংলিব সনাখ্বা সনাহল অনি অসিনি। উজা অনি অসিদি চহি ৬৫ গী মতুং ফাওবদ অকনব নহাবোলসিংগ লাক্লফান অমদি সিন্দম-লোয় কযামরুম ভুম্বীবগী থবক থনমব ঙম্নরি।

থাংচা ওম্ন — সি, সি, হায়ু স্কুলদ মতম সাংন সরিং সরাক অমদি থাঙগী উজা ওইবিরিব খোকচোমগী পাবুং ইবোহলগ উজা পুরেলগ লোয়নবিরকপগী মতেক অমতং খঙজনিংই।

পাউথুম – উজা ইবোহলদি মনিপুর লৈঙাক লোয়সংন থাগ সেলাবি পিচ্চুন হুয়েন লাংলোনগী ইকত্রক্তর ওইন থবক হাপ্লহনি। অদুন সিন্দমলোয় মসীং নাইদন লৈরে। স্কুল অসি-স্কুদ হেদ ক্লাক ওইদুন থবক তৌমিন্নব য়াঙ্গোইজমচা পীবাগ চংদুন সকখঙ মায়খঙলবগী থৌরম অম পাংথোকখি। মতুং তাবদ খুংলোন খোঙলোন কয়া অম খোকচোম উজা অসিগী মমদ ঔরাইমিন্নখি

কৈবুংগী সনাথ্বা মনিসনা অমদি সনাথ্বা অহলগী মচা সনাথ্বা লচু-বীসনা অনিন তাকপিব সনাথ্বা অহলচুগী হুয়েল লাংলোনগী কাংলোন-সিংগ চাংদম্নদুন থিজিন হুমজিনব য়ানবগী 'খুদোংচাব অম খোকচোম উজা ইবোহলন পিবিখি। উজা অসিগী হৈনবী সরিং সরাকী অথয়ব কাংলোন কয়ামকম লৈ।

চৈন ফুরকপ ঙাকপ, ফুরকপ চৈ মুনব অমদি খুং ঙাকপগ লোয়ননন থেকতোকপগী অথয়ব কাংলোন কয়া উজা অসিন খুংলোয়ন পুরি। চৈরোলগী কাংলোন ঔরাইমিন্নরিবৈজ নমখিব ফোতো 'থয় ঐঙোন্দ পিরক্লন লৈখি মদু য়েংউ মুংঙাইগনি। (মতাং অসিদ উজা পুরেলগ পাবুং ইবোহল সমক্রগ কাংলোন ঔরাইমিন্নরকপগী ফোতো ৪০ মুক ঐখোয়দ উহনবিখি। ফোতো ২দং ঐখোয়ন থনগংচরগ চেকোংসিদ ময়ামগী মিংয়েং তাব নুংঙাইবিনব য়োক সারগ হাপচরি।)

উজা অসিগী মুক্না ঙাক্লব অমদি মুক্না হান্নবগী সরিং সরাকী ওইব তোঙানব কাংলোন কয়া লৈ। কুংন অমদি কুপ্ন চংগ্রব কৈবুং সনাথ্বা অহলগী খোঙলোন-খুংলোন ময়াম ওপ্লোক খুংলোয়ন চংপ ওল্লি। চহি ৮০ কাওব অকনব সাথেক সাহুম কয়া ওল্লি। অয়াম সরিং সরাকী উজা

# কংলৈপাক রেফল

চৈচং ৩১-১২-১৯৮৭ ইংদ কংলৈপাক রেফল মায় পাক্র পাং-থোকখ্রে। ওনরেবল মিনিস্তর আর্ট এন্দ কলচর চীফ মিনিস্তর লৈবদা, লা:, চন্দ্রমনিন চীফ গেস্ত অমদি ওনরেবল এম, এল, এ, এম, দেবেনন স্পীকর য়াইতোংব ওই বিত্নন লোয়ন লোয়নন চিফ গেস্ত অমদি য়াইতোংব অনিমক্ত হৌবু লোইবকাওব সিন্ন সিন্নন রেফল অসি পাংথোকপদ হৌগত্তুন খ্রু য়াওন কন্দক তৌবদ থবক ওইন সরুক য়াবিথিবত্ন লাকপিরিব ঈরৈ মচা পুন্নমক্ত অপেনব ফোংদোকপিরম্মী। পব্লিসিতি এন্দ তুরিজমগী ডাইরেক্তর কে, কামিনিবাবুন পেনেল ওফ জুরিগী প্রোসিদিংস পুম্ন থবায় য়াওন ড্রাফতিংদ সরুক সৌবিত্নন পেনেল ওফ জুরিগী মেম্বরশিপ পঃ পব্লিসদকী প্রধান অমদি সোসিয়েল রারকর মীহুৎসিংবু মতে পাংখিখি। অমুক্ত মমাংদ ওইখ্রিব্রিব চিফ গেস্ত, য়াইতোংব অমদি পেনেল ওফ জুরিগী মেম্বরসিংগী পুকচেল সেংন পাংথোকপিরম্ব মতেংসি অহনম্ন কংলৈপাক রেফল অসি ওস্পোক্ত অথন্নব অম ওইব ঙমজখিবনি

অহলসিং অদি অথন্নন চহি ৮০ হেল্লব ফাওব চোং-ফনব লাক্ত্রু থরমখৈদি ঙমগল্লি। মত্নগী মন্নংদ উজা ইবোহলম্ন অমনি। নহারোলসিংন চেকসিন্ন খঙজিনগদব মতাং অমনি।

চন্নু কংলৈম —উজাবু হুয়েন লাংলোন হৈব উজা অহলম্নি মসা সোল্লবম্ন চৈ হেক পান্নবগ অমদি কাংলোন হেক তৌবগ কনখৎলি মপাঙ্গল হেক্তে লাকই হান্নরিবসি চুম্বরা ?

পাউখুম — অচুম্বনি। হৌজিক উজা ইবোহল (সমব) চহি ৮০ হেল্লে। মাংগোল কাখৎপদ ফন সোন্ন উরে। অত্নবু চৈ পায়ত্নঃ কাংলোন চত্তুন সান্নব হৌগ্রবদি অকনব নহা অমগ লান্না নিংথিন ঙম্লি। — মথা মথং চেকোংদা।

মসিগীদমক সিংঙমত্রব লমল ভোনসিনজরে হায়ন কংলৈপাক থৌসিন-কোয় থম্মোয় সেংন কোংদোকচরি।

লেপখিব মতমদগী কৈদৌউদম্ হায়থোকচবোই হায়তুন হায়খিব রা ভারু চৎচনব হোৎনজবদ কংলৈপাক, নাগালেন্দ, আসাম, ত্রিপুরা, মেঘলয়ানচিংব স্তেৎসিংদ লৈবিরিব কংলৈচা কয়া অমদি ক্লব, এসোসিয়েসন কয়ান চাউরব মতেং পিবিরকখি। মতুংদমক কংলৈপাক থৌসিনকোয় ঈরৈপাকমচাসিংগী মকমদ ভৌবিমল উৎচরি। ঈনাৎ কয়নব চহি ২৫ লৈপ্ন লৈত্তন হোৎনজবক্লিব, লায়য়ন হিংত্তব থৌসিনকোয় মীয়ামগী লমল কদৌউদম্ কাউজরোই।

অরোইবদ মৈন ঈসিংন চামত্নন কোক্লরোইদব পুকচেল সেংন, ভিংন, সলাইপুলিকয়্ মুংসিবিত্নন লাইরন লৈজরিব থৌগল্লোয় চমুরা পীবা কয়াবু পুক্লিং থোগৎপিত্নন মুপগী লুপা ৩৪,০০০ (লিসিং কুনথ্রামরি) থক্তুং বেস্ত ভ্রাক ওইন লৌবিয়গ মারুত্তি কার (অহানব প্রাইজ) অসিবু লাইনিংথৌগী থৌগল্লোয়সিংদ কংথোকপিরম্লিব কসার চন্দ্রপুরদ লৈব সিনামচা থুমন অপানববু ঈনাৎ মুংসিবগী লম্বীদ অথম্নব মপান লমগী লৈচা অমনি হাইত্নন সংলেম্ম রারেপ লৌত্নন লাউথোকপ্রে। থৌসিন-কোনগী চহিসিদ পাংথোকদৌরিব চহি ২৫ মপুং ফারকপগী সিলভর " সেলেব্রেসন্দ অথম্নব সংলেনগী মনা অমস্ত পাথৌ অসিগী মকমদ ...নব রারেপ লৌপ্রে। পাথৌ সিনামচা থুমন অপানববু লাইনিংথৌ ইরেম্বান মতম পুম্নমক্ত চেৎন থাগোনবিসম্ভু।

সিনামচা থুমন অপানবগী সংলেম লৌহৌব মহাক্ল ফংজদ প্রাইজগ ...নব মক্তম অম কংলৈপাক রেফলগী মায়কৈদগী কোংদোকচরি।

মক্তম অসি লমাই ২৬৭৮ দ য়েংবিয়ু।

Regd No. RN ... Delhi  Kangleikhol/Rs. 5 00

To

Subscriber No.

Name ________________

Occupation ________________

Address ________________

________ P. O, ________________

**If undelivered please return to the Kangleikhol,**
**R. M. C. Road, Imphal—795001, KANGLEIPAK**

মপান লমদ লাপ্প খুন্দা লৈতাহুন লৈবিরিব ইরৈপাক মচা কংলৈপাক রেফলগী ত্তিকেৎ লৌবিখিবসিংগী মফমদ "কংলৈপাক রেফল'গী মাইকৈদগী খণ্ডহনজরি। মহুদি = রেফল অসিগী ব্রিময়সিংন মুমিৎ ৩০ নি হায়বদি থা ১গী মতম পিহুন ক্লেম তৌরনব থমজরিবসি মপানগী ঈচিল-ঈনাউসিংগীদমক্তি থা ২গী মতম পীহুন খুদো.চাব পিজরি। ফেব্রুয়ারী থাগী অরোয়ব ফাওবদ ক্লেম তৌবিরব মাগনি।

এনজী, কাংজীয়ান খোয়ি লাংজহুন ১.লাই পুন্সিফমগীদবক মীতা খিত্তয়ন কাংণ্ডবম লৈকাইদ নয়গ ইন্ফালদ ফোংদোকচব।